# ইরম লৈশিনায়া

# ꯏꯔꯝ ꯂꯩꯁꯤꯅꯥꯌꯥ



ডাক্তর ব্রজমনি মঙাং

ꯗ: ꯕ꯭ꯔꯖꯃꯅꯤ ꯃꯉꯥꯡ

# ꯏꯔꯝ ꯂꯩꯁꯤꯅꯥꯌꯥ
# ইরম লৈশিনায়া

ডাক্তর ব্রজমনি মঙাং
ꯗꯥ: ꯕ꯭ꯔꯖꯃꯅꯤ ꯃꯉꯥꯡ

Dr Brajamani Mangang asserts the moral right
to be the author of this work

Published by
1 Dr Mayanglambam Thajalembi Chanu
2 Mayanglambam Laijinglembi Chanu

***In sweet memory of their only eldest brother.***

# M. Korouhanba Mangang.

*Printed at*
Computer Design Centre,
Uripok Kangchup Road,
Opposite NILO MOTORS building,
Brilliance School Imphal

Designed by
Raju Kh

অহানবা নম্বা : ২০১১
লাইরিক মশিং : ১০০০
মমল লু ২০০/-

*All rights reserved No part of this publication may be reproduced stored in a retrieved system or transmitted in any form or by any means electronic mechanical photo copying recording or otherwise without the prior permission of the publishers*

*Health is a state of complete physical, mental and social welbeing not merely absence of disease or infirmity.*

*W.H.O*

## *Road to Health*

- *Get up early in the morning*
- *Do some excercise*
- *Take bath with hot or cold water*
- *Pray to God.*
- *Eat good nutritious food*
- *Do not take heavy food at a time*
- *Mix up with family members and others joyfully*
- *Be social, extroverted and dominant*
- *Lead a healthy life style*
- *If in the reproductive age group, take care of your sex life*
- *Smile always, get in return smiles from others*
- *Take care of your sleep*
- *Take care of your nails, palms, hand, hairs and body. It must give a sweet smell to you*
- *Think positively, love everybody*

*Dr Mayanglambam Thajalembi Chanu*

# Letter from a daughter to a father

I felt very happy yesterday
When you were telling me those
Sweet advices Because of you
I am alright now You always
give me support when I can't
balance myself You always teach
me when I don't know anything
you always give me whatever I want
in my life Who are you ? I think
you are not human being You are
my God I love you so much, Papa

Mayanglambam Layunglembi Chanu

# "The 23rd January"

To,

Mayanglambam Laijinglembi Chanu,
my machatombi,

On your birthday,
The 23rd January,
Let the love pour to everyone's mind,
Let the hatred go forever for life
Let the nector of love spread,
Over the clolourful petals of the World

The candle lits,
Disappears the darkness,
From the core of ye's brain,
Blossoms the mind,
Jumps the heart,
Fresh is the mind

Let the Almighty bless ye,
On this day of 23rd January,
With all his powerful mercy
Let Machatombi shines forever,

Poper

# *The Poetry "Iram Leishinaya"*

*Is dedicated to the*
*loving memory of*
*(L) Mayanglamam*
*Korouhanba Mangang,*

*Dr M Brajamani Mangang*
*Mrs Ng Ibeyaima Devi*
*Dr M Thajalembi Chanu*
*Miss M Laijinglembi Chanu*

## "রাজুগী খোজৈদগী"

(১)

লিরি লিবি শিংলিবা,
মলাযা নুংশিং নামিবা,
পুবক্লো হুমদুনা ঐগীনাক্তা,
ঐগী চান্নবীগী শমজিগী,
লৈ- নাচোমগী নুংশিবা মনমদো,
ঈংহল্লো ঐগী ৱাব' থম্মোয়বু।

(২)

লিবি লিবি শিংলিবা,
মলাযা নুংশিং নামিবা,
চংখিগনি নংদি মালেম থুংনা,
পুবদুনা লৈনমদু নুংশিবা,
ঐগী চান্নবীগী লৈ নাচোমগী,
লৌবুক লমহাং ফাওদুনা,
চীওয়া তময়া কোয়দুনা,
লৈহৌগনি ঐদি ইত্তোমতা,
নিংবা ফারদুনা পুক্লিংদা।

(৩)

খোঙজেল যাঙবা মালংবা,
যেনবগুম ঐগী চান্নবীগী শমজিগী,
লৈ- নাচোমগী নুংশিবা মনম,
যেনথোকপীযু লৈনম নুংশিবদো,
"ইবম লৈশিনাযাগী"
মালেম শিনবা থুংনবা।

খুন্দ্রাকপম রাজু

# হীরম লমায়

অইবা ফোংখ্রবা অহান্বা শৈবেং লাইবিক

# "শীঙেল ইনুঙ ঙানবী"

লাইবিক ফংফম :

জে.এন. স্কুল ওফ নবশিং,

পোবোমপাৎ ইম্ফাল ।

কম্পুটব ডিজাইন সেন্টব,

উবিপোক তৌবাংবম লৈকাই,

ওপোজিৎ : নিলো বিলদিং ।

# (১) "ইমা লৈবাক মনিপুর"

(১)

মনিপুর...... মনিপুর...... মনিপুর.....,

কোলোয মাগী কংলৈপাক,
যেলহৌভৈদগী লাইবৈপাক,
সনানা মযুং চৎপা লম,
লুপানা মফেল ফেনবা লম,
শিবেত্তই লিলি শ্যাৎপীনি,
কৈবুল সঙাইনা চোংবনি,
ইমা লৈবাক মনিপুর।

(২)

কৌব্রুনা লেম্ফ্র ওইর্বান,
শিম্বি লৈকোল লৈবনি,
তুরেল অচৌবা অহুমনা,
থেক্রা খোযনা চেনর্বান,
লোক্তাক পাৎনা মিংশেলনি,
কংলানা খোযদৌ ওইবনি,
ইমা লৈবাক মনিপুর।

(৩)

লৈবাং কযা শাৎপনি,
মচু কযানা লৈতেংবনি,
খুনাই কযা লৈবনি,
চাবৌ মৌবৌনা লৈমিন্নবনি,
অপুনবা জাতিনি ঐখোযসে,
যেলহৌঙৈদগী লৈমিন্নবকপনে,
ইমা লৈবাক মনিপুব।

(৪)

কাইহনগুমসি ইমাই শক্তম,
যোকখৎসে অপুনবা শক্তম,
চীঙনা কোযনা পনশাবা লমসে,
সনানা ফুদোংবা ওইহনসে,
যোইবু যোহেন তান্নদুনা,
যেক্লা খুদুম চলহলগুমসে।
ইমা লৈবাক মনিপুব।



## (২) "খুরুমজরি ইমা নাইটিংগেল"

খুরুমজরি ইমা নাইটিংগেল,
ফ্লোরেন্সতা পোকপীনি,
ঈংলন্দা চাউবীনি,
মালেম শিন্থুংনা ঙানবীনি,
খুরুমজরি ইমা নাইটিংগেল।

থৌজাল হৈবীনি ইমাদি,
মীনুংশি খঙবীনি পলেমদি,
পুকচেল তপ্পীনি,
লৌশিং লৈবীনি,
থম্মোয় চাউবীনি ইমাদি।

কোবৌনা ঙাল্লিঙৈ,
থাজনা থোক্লিঙৈ,
লৈতৈবগী ইমাগী মিংলেন্দি,
থম্মোয় খুদিংদা মীওইবগী,
খুরুমজরি ইমা নাইটিংগেল,
ফ্লোরেন্সতা পোকপীনি,
ঈংলন্দা চাউবীনি,
মালেম শিন্থুংনা ঙানবীনি।

অনাবগী সেবাদা,
অশোকপগী তেংবান্দা,
লাযববগী থৌজালদা,
লৈতবগী থৌনিদা,
লমযানবীনি ইমাদি।

লালফম কযা চৎতুনা,
অহিং মীশেল খাঙদুনা,
খুৎতা থাউমৈ পাইদুনা,
সেবা তৌখি অযো নাহেবশিংগী,
"লেদি উইৎ এ লেম্প" মিংথোল ফংখি।
খুরুমজবি ইমা নাইটিংগেল,
ফ্লোরেন্সতা পোকপীনি,
ঈংলন্দা চাউবীনি,
মালেম শিন্থুংনা ঙানবীনি।
মালেম শিন্থুংনা ঙানবীনি।

লমজিংবীউ ইমাও......,
থৌজালবীযু পলেমও. ......,
নতীকপু হাপ্লীযু,
নযাযবু চেলহনবীযু,
চুবীবম্মু লৌশিংগী থাউমৈ।

কথোকচগে পুন্সিসে ঐখোযগী,
অব্রা অনশিংগীদমক্তা মালেমগী ।
খুকমজবি ইমা নাইটিংগেল,
ফ্লোবেন্সতা পোকপীনি,
ঈংলন্দা চাউবীনি,
মালেম শিন্থুংনা ঙানবীনি।
মালেম শিন্থুংনা ঙানবীনি।



## (৩) "ঈরৈপাক মনিপুর কনসি"

(১)

অৱাবা, অনাবা, নুংঙাইত্রবা,
যেংথীনবা, নুংশিনদবা, তমথীববা,
মীহাৎ মীপুল, মীকপ মীবাওখোলনা থল্লবা,
ঐখোযগী লৈবাক মনিপুরনি।

(২)

সোবোক অচৌবা অসিদা,
তাইবঙ ইদোম চৎচবদা,
লৈখিদবে ঐগী কনা,
উখিদবে ঐগী কনা।

ঙাইহাক লৈতনা চৎলিবা,
হংগৎ হনদা থৌবিবা,
গাডী নত্তনা কমান্দোশিংগী,
নোংমৈ নত্তনা অথৌবশিংগী।

পাঙ্গল্লবা ভাবত সবকাবগী,
শক্তি লৈববা ইন্দিযাগী,
অবাংবা আবমী মপৈ মপৈ,
এঃকেঃ ফোবটিসেভেন মপুন মপুন,
কদোমদনো চৎকদবা,
কদাইদনো হিংগদবা।

কাপ্লবে, হাৎনবে, শিবে,
ঈনা পুমচাই চাইবে,
অশিবা হকচাং লৌবোই,
মশক খণ্ডদ্রিফা ওবা মীহাৎপশিংগী,
মবাল খণ্ডদ্রিফা ও অশিবগী,
জে এ সিগী বন্দ,
জে এ সিগী ব্রাকৎ মীফম।

(৩)

শিহৌবে মখোযগী ইমুংদা,
কাপশিনবগী দ্রগ হেন্না,
শিহৌবে মখোযগী ইমুংদা,
আইচঃ আহঃ ভীঃ মহিক পক্কুনা,
এইডস লাইনা নাদুনা,
মতোমতা শিজবনি থৌবি যান্দুনা,
নিংবা কাইববদা পুন্সি অসিনা।

তুংওইননা থনম্লী লমযানবশিংনা,
নুপীশিংবু লুখ্রাবী ওইহন্দুনা,
পুংকক চাউব চাউববা,
পাবি ইমোম কযা কযা,
অদুগা মখোযদি নোঙ্গাখ্রে,
তাইবঙ মপুগী লৈকোলদা,
লৈবাংগী লৈনম ওইনা তিনখবে,
মঙকশম মেৎখাইজবগা মতোমতা।

(৪)

লৈশাবীদু পুখ্রে ফাদুনা,
মবাল লৈ হাযদুনা,
কাংবু অমা লাক্কুনা,
মঙা তবানা শাদুনা,
অথেংবা অহিংদা,
অচিকপা তাংলৌদা,
তাইবঙ কনা উদ্রবা মফমদা,
লৈবাংদু পোমশাৎনবিবী,
তুবুম নামা তেকত্রিবী,
লৈখোক্কু থুদেকপীবে,
লৈনানা পুমচাই চাইহল্লে।

কপচবি পম্থৌনা,
শাউবি মতিঙ থোক্লা,
তেংথাবি পলেম্না,

চোংজবি থবাক যৈনা,
ইচাই মবাল কবিনো হায়না?

রাজবতা মণ্ডাইবে,
চোংজবতা মওইবে,
পঙ্গৌ মাসু কৈদৌঙমদে,
শামা পাঙ্গল শোন্থখবে,
মৈবা পায়বিনা লাউজবর্তনি,
হন্নক্রুবোত অমুক [illegible],
ইজং অদুদি মাণ্ডব্রা,
[illegible] লেপ্পা ভুমদে,
কা[illegible] [illegible] [illegible],
থ[illegible] [illegible]শবলাশিংগী মমাংদা,
মপু পান্দনা লৈবাক্তসিদা।

(২)

পেম্নাইদ্রবা, নিঙখায়ববা, তমথীববা,
খুনাই অসিদা ঐখোয়গী,
চীঙমী তম্মী অনিগী,
হিংবা তাবনি পুন্সিসে,
চৎপা তাবনি ঐখোয়সে,
তুংগী রাখল থল্লগা,
তুংগী অশা থল্লগা,
নোংমদি লাকখিনি থন্দুনা,
শান্তি লৈবা লৈবাক্তো,
ঐখোয়গী লৈবাক মনিপুরদো।

(৬)

কবিগীনো মৈতৈ মচাশা,
পঙথবিবা ব্রাখল অদো,
কবিগীনো সলাই ব্রাকমশা,
শোম্বুরিবা নপাঙ্গল অদো?
কবিগীনো তাংখুল মচাশা,
ইযাম্বনি নখোযসে মৈতৈগী,
কবিগীনো কবুই মচাশা,
চাবোল শুবোলশা সলাং মাইবগী,
অনাল, মবিং চোথে,
মাও মবাম কোমবেং,
কুকি, মাব পাইতে,
ইচিন- ইনাও ঙাক্তনি ঐখোয়পুম্বা,
য়েলহৌঙেদগী লৈমিন্নবকপা,
খোইহী চেনবা খোয়থুম্লবা,
মনিপুব ইমাগী খোল্লাং,
থক্তুনা ঐখোয় চাউমিন্নবকপনি,
চীঙদা তমদা হৌ হৌ।

(৭)

নোংশারেলশা অথৌবা,
হৌগৎলো হৌজিক্তি হৌগৎলো,
শামা পাঙ্গল শিজিন্নদুনা,
লৌশিং মৈবা চুখৎতুনা,
ঈরৈপাক মনিপুরবু কনসি।



## (৪) অয়ুক্কী লীক্লানা হায়রি

(১)

লৈবাং নংবু নুংশিবীও,
শীঙেল নংবু পাম্মুবীও,
ফজবী নংগী মাযথোঙসে,
নিংথীবী নংগী শক্তমসে.
নপান তাংলিবা লীক্লাদা,
কোবৌ মশেক্লা যৈবদা,
সনা অহিংবনা ফুদোংবগুম্,
লুপা অশেংবনা লৈতেংবগুম্,
ফজবে ঙমখে লৈবোইদো,
নিংথীবে পনখে লৈবোইদো।

অয়ুক্কী লীক্লানা হায়দি,
নুমিৎ থোবক্পা ঙাইখিাস।

পাইবক্কনি খোইমু কযা,
লৈহী পাম্বা খ্বাংজেংবা,
শক্লনি ঈশৈ নুংশিনা,
ঙংলনি শীঙেলগী নাপদা,
লৈহী থক্কে থেল্লনি,
চিল্লোকনসি হাযবনি,
যেংজহৌ নপান্ ফবিঙৈ,

খঞ্জহৌ নতিক লৈবিঙৈ,
অশেংবা খোইমু নুংশিবা,
পুন্সি মকপ্ ওইনবা।
অযুক্কী লীক্লানা হাযবি,
নুমিৎ থোবক্পা ঙাইখিসি।

লীক্লা মানা ৱাযখ্রগা,
থবীনা মোংবা শাবকপদা,
কোবৌ মৈশা খাঙ্ঙমদবনা,
লৈচিলক্তা তিনখ্রবদা,
লৈবাং নদোম্ লৈহৌগনি,
শীঙেল নদোম শাৎহৌগনি,
ফজবৈ নযাই হনখিনি,
নুংশিবা লৈনম্ মাঙখিনি,
হনখিনি খোইমু খ্বাংজেংবা,
লৈহৌনি নিঙবা কাযদুনা।
অযুক্কী লীক্লানা হাযবি,
নুমিৎ থোবকপা ঙাইখিসি।

লীক্লা মানা তোংলিঙে,
থবীনা লুনা তৌবিঙে,
অপাম কাদা যৌজহৌবো,
নুংশি কাদা থুংজহৌবো।

অযুক্কী লীক্লানা হাযবি,
নুমিৎ থোবক্পা ঙাইখিসি।



# (৫) "নুংশি মায়থোঙ্"

(১)

নুংশি মাযথোঙ্ লোৎকনু,
থম্মোয পেন্না যেংজহৌগে,
ইকাইনুংশি যান্নবা,
মাযথোঙ্ অদু লোৎখ্রগা
থম্মোযনুংদা চাক্লনি,
মৈবি অমা নিঙ্ঙমদবগী।

নুংশি মাযথোঙ্ লোৎকনু,
থম্মোয পেন্না যেংজহৌগে।

(২)

মালংবা নংসু হুল্লকনু,
নংনা তোযনা হুল্লকগা,
নুজাগী শল্লাংবু চোইজাইনহল্লগনু,
নুংশি মাযথোঙ্ লোৎকনু,
থম্মোযনুংদা চাক্লনি,
মৈবি'মা নিঙ্ঙমদবগী।

নুংশি মাযথোঙ্ লোৎকনু,
থম্মোয পেন্না যেংজহৌগে।

(৩)

নুমিৎ কযা থানবগা,
থাবুম কযা ঙাইনবগা,
নোংমতং উন্নবদা ঙসি,
মাযথোং অদু লোৎথ্রবদি,
থম্মোযনুংদা চাক্লনি,
মৈবি'মা নিঙ্ঙমদবগী।

নুংশি মাযথোঙ্ লোৎকনু,
থম্মোয পেন্না যেংজহৌগে।

খুদাং পাযদুনা চিংশিনজৈ,
শন্নাং অদু হাইদোকচৈ,
মাযথোঙ অদু লোৎখি,
থবাক্তা ঙাথদুনা ঐগী,
থম্মোযনুংদা চাক্লনি,
মৈবি'মা নিংঙ্ঙমদবগী।

নুংশি মাযথোঙ্ লোৎকনু,
থম্মোয পেন্না যেংজহৌগে!



# (৬) "ঐগী ৱাহং"

নকশিন্নগনু,
তিন্নগনু,
ৱাবী শান্নগনু॥
নুংশি তেননা পানখ্রবা মাগা,
নুংওন লাংদা থুখ্রাবা ঐগা।

ফমিন্নগনু,
যেংনগনু,
নোকমিন্নগনু,
নুংশি থম্মোয হুবা মাগা,
নুংশি থম্মোয কৎখ্রবা ঐগা।

চৎমিন্নগনু,
হৌনগনু,
লাপথোকনৌ,
চান্নবা মাগা ঐগী থম্মোযগী,
নুংশিবা মাগা ঐগী থৱাযগী,

ওইনগনু,
কেনগনু,
নুংশিনগনু,
নুংশি মৈচাক্লা চাক্লবা মাগা,
নুংওন মৈশা লাংলবা ঐগা।

তাইবঙনা লাউবি,
খোঙ্থাং যৈনা,
খুনাইনা নোক্লি,
কবেম্না মীনোক্লা।
তেম্শিংনবি নুংশিববু নংগা ঐগগী
নোক্লবি নুংওনববু নংগা ঐগগী।

কাযনবগা,
তিন্নদ্রগা,
ৱাবী শান্নদ্রগা।
নুংশিবা মাগা ঐগা পুন্সিগী
পাম্মুবা মাগা ঐগা থম্মোযগী।

ওইনদ্রগা,
কেনদ্রগা,
নুংশিনদ্রগা।
নুংশি চান্নবা মাগা ঐগা,
মিৎকা মিৎকা চানদ্রগা যেংনদ্রগা

চৎমিন্নদ্রগা,
হৌনদ্রগা,
লাপথোক্লবগা,
কাযনা মৈশা লাংলগা মানা
নুংশি মৈচাক চাক্লগা ঐনা।

কাইনবগা,

শেৎনবগা,

থম্মোয় কাযবগা,

অপেনবা ওইবদ্রা তাইবঙ নখোযগী,

কাযবা তাবত্র থম্মোয় অনিসি।

## (৭) "তনৌ তনৌবী"

উখি নংসে মতমদুদা,
লৈখোক্লা যোম্বা লৈরাং ওইনা।

পাবপ্ তৌবা হকচাংদুদা,
লৈতেং অমত্তা যাওদ্রবা,
উনাবক্তা লোৎতুনা ইকাইথীবী।
উখি নংসে মতমদুদা,
লৈখোক্লা যোম্বা লৈবাং ওইনা।

লৈবাং কযা শাৎলি,
শীঙেল কযা পোল্লী,
লৈকোলদুদা নিংথীববা ঐগী,
অঙাংবা, অঙৌবা, পুল্লেমানবী,
মচু কযাগী লৈবাংশিংনি।
খেনা ঙাওবী ঙৌবোক ঙৌবী,
মিৎস্রা থম্বাল্ কোযবাওনবী,
পুকচেল তপ্পী ব্রাঙাংদবী,
লাইজ থম্বাল মানবী,
মিনোক অমদা শুমহৎপী,
সিবোই লিলি মানবী,
নহাকসু মবক্তুদা যাওবি,
তোমথিন ঙান্দুনা শাৎলি,

অঙাংবা নৈ ওইনা।
উখি নংসে মতমদুদা
লৈখোক্রা য়োম্বা লৈরাং ওইনা।

কুমজা কয়া হৌখরে,
লেম্নী পুলিসে য়েংদুনা,
অনৌবা লৈরাং কয়ামা,
ঐগী লৈকোলদা শাংচবা।
উখি নংসে মতমদুদা,
লৈখোক্রা য়োম্লবা লৈরাং ওইনা।

লৈরাংলক্তগী অখোইবী,
শীওন্নক্তগী অহেনবী,
পোমশাংনহৈবী নংসে,
ওসি অমুক্ উরেদো,
তোমখিন ওয়া শাংলরেদো।
উখি নংসে মতমদুদা,
লৈখোক্রা য়োম্বা লৈরাং ওইনা।

নোংজু লাইজ নংলবদা,
লৈরাং পুমচোং চোংলম্লে,
লৈরম্বা উরে নহাকসে,

মৈতৈ ফনেক শেৎতুনা।

উখি নংসে মতমদুদা,

লৈখোক্লা যোম্বা লৈবাং ওইনা।

চোৎলবা ফিজোলশিং হোংদোক্তুনা ,

পেক্রক্ মচুগী ফনেক্লা,

লৈযোম ওইনা লৈতেংলম্বদি,

অঙাংবা লৈনাশিংদো যোমশিন্দুনা,

উকুবদা নংসে ঐনা,

ব্রাখলসিদা খল্লকখি,

থম্মোযসিদা ফাউবকখি,

মাল্লেদকো নহাকসে,

মানজ কাদা লাক্লবী,

পামু কাদা থুংলবী,

হাযবদো তনৌ তনৌবী।

উখি নংসে মতমদুদা,

লৈখোক্লা যোম্বা লৈবাং ওইনা।



# (৮) 'কুমগী নোং'

(১)

ঈখোঁ লাংলবী লৈবাংশিংনা,
ঙাইজবি কুমগী নোংতবু।

যেন্নিং নহা যেনৌবা,
মমিৎ কুপ্তুনা যেংলি,
শংবানবা অতিযাদা,
অমুবা লৈচিল্ পাইবক্পবা,
কুমগী নোংবু লাক্লববা?

(২)

ইঙা থাগী থাখাযদা,
পাইবকখি খঙহৌদনা,
অমুবা লৈচিল মপৈমা,
শংবানবা অতিযাসি,
যুখল ওইহা খনখি,
নোংখোং অহানবা তন্নকখি,
কৌব্রু লাইজিবোম্দগী।

(৩)

চাইথবক্লে নোংলিক্ কযা,
চোৎননবা মালেম্ পুন্বা,
নোংনা চোৎলবা মলেমদগী,
নুংশিবা মনম্ ফাউবকখি।

য়েন্নিং নহা য়েনৌ,
অপোম্বা লৈস্না লেনৌ,
লাইজা ঈথৌ লাংলম্বী,
থম্মোয় পেয়া চুপচখি,
থবায় পেয়া থকচখি,
লাইজ ঈশী ঈরিকশিং,
কুমগী নোংবু থাগৎচখি,
তাইবঙ্ মপুবু থুরুমজখি।

(৪)

মৈচীল পোমায় হাংদোকখরে,
থাজ মাসু খোয়ক্রে,
ঊনা লৈনাগী লোংলিকশিং,
লুপা মরিক্ মরিকশিং,
চোইজাইননা ঙাক্লকলে,
ঙৌরংননা ফজত্রে,
সনা লৈবাক মনিপুরসে,
লাইরেম্পাক্পু মানখরে,
য়েংবৈ পেনবা লাইফরে,
মপু মাগী খুৎলেমসে।



# (৯) "অমনবা ইগী য়ুমদুদা"

অমনবা ইগী য়ুমদুদা,
পোমশাংনবিবী লৈবাংও,
ঙাইবি খোইমু কযানা,
নংনা লৈকা ফন্না শাংলকপা।

ৱাপল্না পন্নিং থীংলিবা,
যেংথৌনা পনঙাক ওইবিবা,
হৈপাল লৈপাল্না লৈতেংলিবা,
থবো থম্লালনা শান্নবিবা,
লাইজ ইকোন নুংদুদা,
পন্থৌগী ইংখোল চাইগোন্নুংদা।
অমনবা ইগী য়ুমদুদা,
পোমশাংনবিবী লৈবাংও,
ঙাইবি খোইমু কযানা,
নংনা লৈকা ফন্না শাংলকপা।

মদোম্ পোংশাংনবী লৈবাংনি,
পলেম্ পন্থৌ অনিগী,
তোমথিন্ ঙানবী মমোমসি,
চেংলমদবা খ্বাঙ চেংলক্লে,
শেলোই ইপোম্ নাইবক্লে,
মাযথোঙ্ মকা লাম্লকলে।

অমনবা ঈগী যুমদুদা,
পোমশাৎনবিবী লৈবাংও,
ঙাইবি খোইমু কযানা,
নংনা লৈকা ফন্না শাৎলকপা।

পোমশাৎনবী লৈবাংসে,
লৈহীনা নিক নিক লাউবক্লে,
খোযজিখা থম্বাল শাৎলক্লে,
লৈহীগী ঈচেল তম্লকলে,
মিববা খোঞ্জেল চেল্লকলে,
নুংশিবা লৈনম ফাওবক্লে ।

অমনবা ইগী যুমদুদা,
পোমশাৎনবিবী লৈবাংও,
ঙাইবি খোইমু কযানা,
নংনা লৈকা ফন্না শাৎলকপা।



## (১০) "শকহেনবীবু পীনবীযু"

(১)

খুকুমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ্ মপুও,
ও...... হো..... হুমনিশুবা নাৱাও,
কোনজিন্ তিংবা লাইনিংথৌও,
শকহেনবীবু পীনবীযু।
খুকুমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ মপুও।

(২)

অশা চাউবা নিপানি ঐসে,
ডাক্তব বাবুসু ওইনিংবনি ঐসে,
ইঞ্জিননিযাব সাহেব্‌সু ওইনিংবনি ঐসে,
পাইলোট ওইদুনা পাইনিংবনি ঐসে,
নসাগী এস্ট্রোনাওটসু ওইংবনি ঐসে,
ওইনিংবগী ওইনিংবঙাক্তা পুমঙাও ঙাওবে....হে।
খুকুমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ্ মপুও,
ও ... হো .... হুমনিশুবা নাৱাও,
কোনজিন তিংবা লাইনিংথৌও,
শকহেবীবু পীনবীযু,
খুকুমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ্ মপুও।

(৩)

মেত্রিক্তা মঙাবক ফেল ওইজবে,
বি:এ:দা মঙাবক ফেল ওইজবে,
উচিন- নাচিন্না এম: এ: পাস তৌজবে ঐসে,

নিশাসু চাজদে ঐসে,
পাখঙ্ শবীনি ঐহাকসে,
থম্মোয শেংবা নিপানি ঐসে॥

খুকমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ্ মপুও,
ও.... হো.... হুমনিশুবা নাৱাও,
কোনজিন্ তিংবা লাইনিংথৌও,
শকহেনবীবু পীনবীযু,
খুকমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ মপুও।

(৪)

নুংশিচাউবা থম্মোযদি পানজৈদো,
যেংজকই লৈশাবী কযা,
কোযজকই লৈশাবী কযা,
থেমজকই নিঙোল কযা,
কনানসু যাবীবক্তে ঐসে,
হন্না ফাউবা যেংবীবক্তে ঐসে।

খুকমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ্ মপুও.
ও... হো... হুমনি শুবা নাৱাও,
কোনজিন্ তিংবা লাইনিংথৌও,
শকহেনবীবু পীনবীযু ,
খুকমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ্ মপুও।

(৫)

মশক ফজবী শকহেনবীদো,
ফজবগী ঙমখৈ লৈতবীদো,
মনিপুরি ফিল্মগী হিবোইন্দো,
আই লভ ইয়ু ’ হায়করবদা,
নোকফেৎ নোকফেৎ তৌহৌই,
মুনা মুনা য়েংহৌই।

খুরুমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ্ মপুও,
ও... হো.... হুমনিশুবা নাম্বাও,
কোনজিন তিংবা লাইনিংথৌও,
শকহেনবীবু পীনবীয়ু,
খুরুমজবি, নোল্লুকচবি, তাইবঙ্ মপুও।

(৬)

ও..... শকহেবী, শকহেনবী, শকহেনবী,
ও.... চাকথেকপী, চাকথেকপী, চাকথেকপী,
আই লভ ইয়ু, আই লভ ইয়ু, আই লভ ইয়ু,
আই...... লভ ...... ইয়ু..........।



# (১১) "কপমিন্নখি ইবান্নি"

তমগী ইবুং ............ .............
চৎখবেদো নহাক্তি ঐবু হুন্দোক্লমলগা,
থাপ্লবা, তান্নবা চীঙগী ইপাম্খুলসিদা।

(১)

নুংশি কাযনা মৈশা নংলবী,
পলেম পস্থৌগী মীচৈ নংলবী,
খুলগী মীনোক্ মৈশা লাংলবী,
মৌগী শিংদা চল্লবী চীঙনিঙোল ঐগী,
লৈজদে পাঙ্গল নংগী খোঙ্গুল লীনবা,
পিবাং তানা কপ্পা নত্তনা পুন্সিসিদা।

তমগী ইবুং ..... .. .. .. ...
চৎখবেদো নহাক্তি ঐবু হুন্দোক্লমলগা,
থাপ্লবা, তান্নবা চীঙগী ইপাম্খুলসিদা।

(২)

নুমিৎ কযা সেংজৈ, থাজ কযা ঙাইজৈ,
অরাংবা লোইবী চীঙদোলদা লেপ্তুনা,
লাকপবা হাযদুনা চীঙগী লম্নী অসিদা,
পাম্মুবা তমগী ইবুং নংবু,
হল্লকপা কৌবা লৈত্রবদা নংনা,
থম্মোয় কাযনা হল্লকখি মোংবা ঈপামলমদা।

তমগী ইবুং .. ....... .... . ....,
চংখবেদো নহাক্তি ঐবু হুন্দোক্লমলগা,
থাপ্লবা, তাম্লবা, চীঙগী ইপাম খুলসিদা।

(৩)

তেকপ মপু কাবক্লে, তেকনা উন্না হম হম চাউবক্লে,
যেন্নাউ কাংদোং কাবক্লে, যেনবাবাবা খোংলক্লে,
কেংবৌ মশিং শুবক্লে, লোইদাক মপুঙ ফাবক্লে,
খোযাজিখাদা মিহুল লাং, ঙাইজবকপা নুংশিবা নংবু,
তমগী ইবুং পাম্মুবা, লাক্লোগবা নহাকপু,
অরাবা, ইকাইবা পুন্নমক্তগী কনবীববো নুজাবু।

তমগী ইবুং... . ..........,
চংখবে নহাক্তি ঐবু হুন্দোক্লমলগা
থাপ্লবা, তাম্লবা, চীঙগী ইপামখুলসিদা।

হৈ.. হা...... হো... হা...,
হৈ.. হা...... হো... হা...,
হৈ.. হাযযু ... হৈযা.. হে..,
হৈ.. হাযযু ... হৈযা.. হে..,

(৪)

নোংমা থেংলবা অহিঙদা, ঙাইখি চীঙদোলদা লেপতুনা
উচান মৈবা মঙালদা, মমি শামি উবকখি,
চীঙগী অমম্বা লম্বীদগী, খঙহৌদনা ফাওবকখি,
ঐবু চেৎজেৎ কোনশিনবীখি, কপমিন্নখি ইবান্নি,
চীঙমী- তম্মী অনিগী, নুংশি ঈবি ফাওনখি,
খোইযুম খোইমোম অনিনা, নুংশি ঈবিক খিকপীখি ।

তমগী ইবুং..... ........,

যৌবক্লেদো নহাক্তি, ঐবু লৌবা লাক্লেদো
থাপলবা, তান্নবা চীঙগী ইপামখুলসিদা ।



# (১২) "উন্নরবদি নুংশিনরক্কনি"

(১)

উন্নববদি নুংশিনবক্কনি, নুংশিবী নংগা ঐগা,
তিন্নববদি ঙমলোই, কাযনবা নংগা ঐগা ।

থাদোক্কুনা চৎখবো,
লমদম তাম্না লৈখবো,
পনখৈ অমা থল্লসি,
মবকসিদা নংগী ঐগী ।

পুন্সিগী খোঙচৎসিদা,
নুংশিগী লম্বীসিদা,
মিকুপমত্তগী ওইবা,
নংগা ঐগা উন্নবাসিনা,
ওইহল্লসি অবোইবা নুংশিবী নংগা ঐগা,
চৎলগুমসি যৌনবা পন্থুংফমদো নংগা ঐগা।

(২)

সমাজগী মীনোক্নি,
তাইবঙগী তাইওন্নবনি,
উন্নকুবা ইবান্নিগী,
থম্মোয়গী অবানবনি,
চান্নবী, নুংশিবী,
চৎলোগবা কৈদৌগে,

কায়নবনা ফৎত্রনে,
নুংশি থাবুম ফাদ্রিঙৈদা ।

পিবাংশিসে শিন্থবিবা মিৎলুশিংদগী নংগী ঐগী,
মাঙহল্লসি মলেমদা তাহল্লগা নংগা ঐগা ।

(৩)

নুংশি মরুদি হুনখবে,
নুংওন মযোলসু চোংখবে,
থম্মোয অনি তাইনখ্রে,
কাথুপ নিপাল পুনখবে।

নুংশি তান্ন যাংদৌসিদা,
কাযনা যুখল খন্দুনা,
নুংশি পোৎলুম পুদুনা,
চৎলোগবা পাম্মুবী নহাকপু ।
উন্নববদি নুংশিনবক্কনি নুংশিবী নংগা ঐগা
তিন্নববদি ঙমলোই, কায়নবা নংগা ঐগা



# (১৩) "মাঙখরে নুংশিবী মাদি"

কাইদ কাইদ কাইদ হুমলি মালংবনা,
লিবি লিবি লিবি শিংলি নামিবনা ।

(১)

ব্রাই ব্রাই লাউনা ফৌনানা,
শাবি জগোয ইপোম নাইনা,
তান্নবি মাবু ঐনা যৌনবা,
লৌবীদা চংলিবী নুংশিবী মাবু,
লমদম তামলিবী পাম্মুবী মাবু ।

কাইদ কাইদ কাইদ হুমলি মালংবনা,
লিবি লিবি লিবি শিংলি নামিবনা ।

(২)

নোক্লা নোক্লা চেল্লি মানা,
চোংনা চোংনা চেল্লি মানা,
লাউনা লাউনা চেল্লি মানা,
খোযথুন্লবা খোঞ্জেলদুনা মাগী,
ফংলবোই ফংলবোই হন্দকমপোকসিদদি ।
"ফংলবোইযে হন্দক মপোকসিমগীদি, তান্নবকঅনো কান্নববোইযে"।

কাইদ কাইদ কাইদ হুমলি মালংবনা
লিবি লিবি লিবি শিংলি নামিবনা ।

(৩)

লৌবুক লমহাং কযা তুংওইনবে,
লৈকোল অদু যৌবক্লে নিংথীববা,
হৈকোল অদু যৌবক্লে ফজববা,
নুংশিবী মাদি মাঙখবে খঙহৌদনা,
চৎখবে মাদি মিৎযেংগী ব্রাংমদা ।

কাইদ কাইদ কাইদ হুমলি মালংবনা
লিবি লিবি লিবি শিংলি নামিবনা ।

(৪)

চেক্লা খোইনিং লাবা অমোমনা,
লৈহী পেন্না চুপলগা থক্লগা,
খোংলল্লগা মখৌ পোঙনা পোঙনা,
নুংশি নুংওন শৈহেক তল্লল্লগা,
পাইখবে শংবানবা অতিযাদা তাম্না ।

কাইদ কাইদ কাইদ হুমলি মালংবনা
লিবি লিবি লিবি শিংলি নামিবনা ।

(৫)

থেক্লা থেক্লা শাবি জগোয,
হাইনা হাইনা শাবি জগোয,
মচু কযাগী লৈবাংশিংনা লৈকোলদুদা,
মখল কযাগী হৈপালশিংনা হৈকোলদুদা,
কাযনবসি হাযবি হন্দক মপোকসিমগীদি ।

কাইদ কাইদ কাইদ হুমলি মালংবনা,
লিবি লিবি লিবি শিৎলি নামিবনা ।



# (১৪) "থম্মোয়গী লৈরাং"

(১)

নংদি ঐগী থম্মোযগী লৈবাংনি,
নংদি ঐগী পুন্সিগী আশানি,
অহানবা উন্নবদা নুংশিনখিবনি,
থম্মোয অনিসে তিন্নখিবনি।

পুন্সিদা কবম্না ঙমগনি, নংবু কাউথোকপা নুংশিবী,
চৎকনি কবম্না ঐনা নংবু থাদোক্কুনা চান্নবী।

(২)

চাক্লেদো থম্মোযসে ঐগী,
নুংশি মৈচাক্না নংগী,
কাযবেদো থম্মোযসে ঐগী,
পাম্মুই ৱাখলনা নংগী।

হিংগনি ঐনা কবম্না, নুংশিবী নহাক উদন.
চৎকনি ঐনা কবম্না, পাম্মুবী নহাক যাওদনা।

(৩)

পুন্সিসে লম্বীনি শাংলবা,
অরা- নুংঙাইনা থল্লবা,
চৎমিন্নসি ইবান্নি লোযননা,
যেৎকা ওইগা খুৎশম্লনা।

যেক্লা তিথং লৈগনি, খুনাকই' মীনোক চঙগনি,
পুন্সিগী অশেংবা ৱাহন্থোকতি, পুম্নমক অসি থেংনবনি।

(৪)

নংদি ঐগী থম্মোযগী লৈবাংনি,
নংদি ঐগী পুন্সিগী অশানি,
অচানবা উন্নবদা নুংশিনখিবনি,
থম্মোয অনিসে তিন্নখিবনি।

(৫)

নোংলৈ নুংশিৎ কযা লাক্লবসু,
লোইবী চীঙজাও কযা নিঙখাযববসু,
যেক্লা তিঙ্খংনা লঙ্গোই চল্লবসু,
ঐগী থৱায অসে তেমশিংনববসু।

থাদোক্পা ঙমলোই ঐনা, ঐগী থম্মোযগী নুংশিবী নংবুদি,
কাইনাবা ঙমলোই ঐনা, ঐগী পুন্সিগী চান্নবী নংবুদি।

*নুংশিবী* ...................... /

চান্নবী .......... ............. ।

নংদি ঐগী থম্মোযগী লৈবাংনি,

নংদি ঐগী পুন্সিগী আশানি,

অহানবা উন্নবদা নুংশিনখিবনি,

থম্মোয অনিসে তিন্নখিবনি।



# (১৫) "থেঙলবা অহিং'

(১)

থেঙলবা অহিংদা শাংপী লৈবাংনি,
লৈনম্মা লৈকাই পল্লোন লানবীনি।

লৈবাংগী লৈনম তাবদা,
কাযনা মৈশা লাংলবা,
ঐগী পীক্ক' থম্মোযসে,
তনিক তনিক থাঙলিযে।

থেংলবা অহিংগী চীক্কবা তাংলৌনি,
তাম্না তাম্না খোংলিবী চেক্লানি।

(২)

তাম্ তাম্ ঈশৈ তাবদা,
নিংশিংলক্লি নুংশি যাৱা,
নংগী নুংশি খোঞ্জেলদো,
নংগী থুম্ন ৱাহৈশিংদো।

থেংলবা অহিংগী পাক্কবা লমহাংনি,
পুর্নিমা থাজনা নোংদোন্দা ঙাল্লি।

(৩)

ইদোম্ ফম্লি ব্রাখল তৌনা,
লাক্লি নংসু ঐগী মাঙদা,
শাববি জগোয ঐগী মাঙদা,
লাইবৈপাক লাইবেন্বী মেনাকাগুম্না।

শাংলবা লম্বীনি পুন্সিগী, চৎকদবা নংগা ঐগা,
পাক্লবা ঈপাক্লি সমুদ্রগী, লানগদবা নংগা ঐগা।

(৫)

পাইমিন্নসি ঐখোয অনি,
ব্রাংলবা অতিযা মকোযদা,
লৈচীল মপৈ ওন্দুনা,
তোংমিন্নসি ঐখোয অনি,
উশা মত্তদা পামেলগী,
যেৎকা 'ওইগা কেনসি,
নুংশি 'নাক্ত যৌবক্লো,
পাম্মুই কাদা থুংলবো,
চাক্ল' থম্মোয ঈংহল্লবো।

থেঙলবা অহিংদা শাৎপী লৈবাংনি,
লৈনম্না লৈকাই পল্লোন লানবীনি।



# (১৬) "ইরম্ নৈশিনায়া- ১"

(নুমশিথ্রেদা ঐখোযগী খুঙ্গংসে)

(১)

লাক্লেদো ঐদি লাক্লে, নংবু উন্নবা লাক্লেদো,
কুমজা কযাগী তুংদা, নংবু উন্নবা লাক্লেদো।

উমং কযা ফাওদুনা ,
চীঙজাও কযা লান্দুনা,
অহিং কযা তুমদনা,
অকুপ্পা থম্মোয় পুন্বি,
হৌখিবা পুন্সি ন্নাবী,
নিংশিং নিংশিং লাক্লি।

লাক্লেদো ঐদি লাক্লে, নংবু উন্নবা লাক্লেদো,
কুমজা কযাগী তুংদা, নংবু উন্নবা লাক্লেদো।

(২)

ঐনা চেনবা উবদা,
ঐনা চোংবা উবদা,
নংগী ননাক যৌনবা,
শেল্লোই চীঙমায কযানা,
খোম্থাং যৈনা শকহৌবি,

নুংশি নুংওনগী ঈশৈ।

লাক্লেদো ঐদি লাক্লে, নংবু উন্নবা লাক্লেদো,
কুমজা কযাগী তুংদা, নংবু উন্নবা লাক্লেদো।

(৩)

চৎনা চৎনা নিংজৈ,
চেন্না চেন্না খনজৈ,
থাপ্লবা চীঙগী খুঙ্গংদুদা,
লৈহৌবী নংসে পীক্লা,
লৈশা মপুঙ ফাবল্লগনি,
নুংশি ঈশৈ শক্লমগনি।

লাক্লেদো ঐদি লাক্লে, নংবু উন্নবা লাক্লেদো,
কুমজা কযাগী তুংদা, নংবু উন্নবা লাক্লেদো।

(৪)

ও ! সিবোই ..... .. সিবোই..... ...সিবোই .... ,

সিবোই ইবম যৌবেদো,

অৱাসু চেনথোবক্লে, (ইপা)

অভয মাসু থোবক্লে, (ইমা)

মাসু লেপতুনা লৈবমলে,

ঙালা কাফা হাইবা, (লৈশামপুং ফাবল্লে)

ইবম লৈশিনাযা। (নুংশিখ্রেদা ঐখোযগী খুঙ্গংসে।)

লাক্লেদো ঐদি লাক্লে, নংবু উন্নবা লাক্লেদো,

কুমজা কযাগী তুংদা, নংবু উন্নবা লাক্লেদো।

(৫)

ইপা মাসু কপ্লি,

ইমা মাসু কপ্লি,

অনিমক্লা চেন্থোবক্লুনা,

ঐবু চেজেৎ কোনশিনবীবি,

তবং লাইজ ঈহৌবকখি,

মীৎলু নাপোম মবিদগী।

লাক্লেদো ঐদি লাক্লে, নংবু উন্নবা লাক্লেদো,

কুমজা কযাগী তুংদা, নংবু উন্নবা লাক্লেদো।

(৬)

লেপলুই চেনশিন্দুনা ঐনা,
কৌরুই মাবু ঐনা,
ঙাঙলক্তনা ৱা অমত্তা,
শিন্থদুনা মিংকী পিবাং,
ঐবু মুন্ন যেংলগা,
কপখবে হীক্লা হীক্লা।

যৌবেদো ঐদি যৌবে, ঐগী খুঙ্গং যৌবেদো,
যৌবেদো ঐদি যৌবে, ঐগী সিবোই যৌবেদো।

ইবম লৈশিনাযা ............,
ইবম লৈশিনাযা ............ ...,
ইবম লৈশিনাযা ...............



## (১৭) "নুংশি কেকু লোংপা"

কৌবকউ ঐবু,
অচিকপা মফমদুদা,
লেপহল্লু ঐবু,
নংগী মাঙদুদা।

ফোংদোকপদি ফোংদোক্তনা নংগী নুংশিবা,
চান্নবী, পাম্মুবী নংসে, নুংশি হাযদনা।

লেপহল্লগা ঐবু,
পেন্না যেংলগা,
চীম্বালদা থেংলক্লগা,
পাম্বোম নানবীবগা।

হাযদোকপদি হাযদোক্তনা, নংগী নুংশিবা,
চান্নবী, পাম্মুবী নংসে, নুংশি হাযদনা।

চংশিল্লগা ইনাক্তা,
নানবীবগা শল্লাংদা,
কোনবীবগা চেৎনা,
তুমিন্না লৈখিবা।
ফোংদোকপদি ফোংদোক্তনা, নংগী নুংশিবা,
চান্নবী পাম্মুবী নংসে, নুংশি হায়দনা।
তোযনা তোযনা কৌবগা ঐবু,
হন্না হন্না উবগা নংবু,
মৈচাকসে থম্মোযগী হেনগৎলক্লি,
মৈবিসে নুংশিগী চাকখৎলক্লি।

হায়দোকপদি হায়দোক্তনা, নংগী নুংশিবা,
চান্নবী পাম্মুবী নংসে, নুংশি হায়দনা।

থম্মোয শোনবী নশানৌ ওইবনা,
ইকাই থীবী নুজা ওইবনা,
ফোংদোকপসু ঙমজদে নঙোন্দা,
নংবু নুংশি হায়না ঐনা।

ফোংদোকপদি ফোংদোক্তনা, নংগী নুংশিবা ,
চান্নবী, পাম্মুবী নংসে, নুংশি হায়দনা।



## (১৮) "তেংথাখোল"

(১)

চৎখবে নংদি পাবি,
হন্দোক্লম্লগা ঐখোয পুম্নমকপু
চৎখবেদো নংদি পাবি।

খাঙ্ঙুথক্তা মাঙখবে,
থরায মানা তিনখ্রে,
মপু মাগী লৈকোলদা,
পুন্সিগী মথোক কাবকপদা,
মপুগী শিন্থা পাঙলক্লমদুনা,
লাইবক্লেন্দা তিনখবে।
চৎখবে নংদি পাবি,
হন্দোক্লম্লগা ঐখোয পুম্নমকপু,
চৎখবেদো নংদি পারি।

(২)

উদববা নংবু,
তাদববা নংবু,
নংবু পোকপী পলেম্মা,
অহিং নুংথিল নাইদনা,
কৌবা কৌবা নংগী মিংলেনবু,
কৌবা কৌবা নংগী কোলোযবু,

হীক্লা হীক্লা কপ্লিবসে।

চৎখবে নংদি পাবি,

হন্দোকলল্লগা ঐখোয পুম্নমকপু

চৎখবেদো নংদি পাবি।

(৩)

নিংশিং নিংশিং কপ্লি,

হন্না হন্না শোল্লি,

হৌখি পুন্সি ৱাবি,

নাৱা ওইবিঙৈ ৱাবী,

তাবদা তেংথাখোল পলেম্‌গী ,

খাঙবদা ৱাবে,

পন্থৌগী থৱাযসে।

চৎখবে নংদি পাবি ,

হন্দোক্লম্লবগা ঐখোয পুম্নমকপু,

চৎখবেদো নংদি পাবি।

(৪)

শান্নবম্মী নমাগী তম্পাক্তা,

নোক্নুনা খেদুনা, ওন্দুনা থোইদুনা,

নাৱা ওইবিঙৈ মতমদা,

হম্ হম্, হম্ হম্ চাউবক্লে,

চাউবা পুংকক্ ফাবক্লে,

চেন চোংদুনা শান্নবক্লে।

চৎখবে নংদি পাবি,

হুন্দোক্লন্নগা ঐখোয পুন্নমকপু,

চৎখবেদো নংদি পাবি।

(৫)

মথোক কাবক্লে,

লৌশিং মঙাল ফংলে,

পলেম্মা হবাউজবে,

পন্থৌনা পেঞ্জবে,

খঙহৌদনা মাঙখি,

থব্লায হাম্চৎনখি,

মিবেল হাম্ফোইনখি।

চৎখবে নংদি পাবি,

হুন্দোক্লন্নগা ঐখোয পুন্নমকপু,

চৎখবেদো নঙদি পাবি।

(৬)

হে থব্লায অপঙবা ইচাগী,

হে মিবেল অপঙবা পাবিগী,

তেংবানবা মপুগী ঙাংলৌ থম্বালদা,

চংজফমবু নিজৌকো, যাইফববু ওইজৌকো।

নংবু পোকপা পম্বৌনসু,
নংবু পোকপী পলেমনসু,
নচল থোইবী অনিনসু,
অহিং- নুংথিল নাইদনা,
মপু মাগী মিংথৈবোলবু,
শক শোন্দুনা নিজবি ,
ইচাগী থৱাযগী যাইফনবা।



# (১৯) "চৎখ্রেদো নংদি"

চৎখ্রেদো নংদি, তেংবানবা মপু মাগী নাক্তা,
চৎখ্রেদো নংদি, নংগী লাইবমলেনগী হৌবকফমদা,
চৎখ্রেদো নংদি।

হুন্দোক্লম্লগা ঐবু, নংগী তাইবঙগী নপুবোইববু,
থাদোক্লমলগা নুংশিববা পীক্লিবা মচাশিংবু,
চৎখ্রেদো নংদি, তেংবানবা মপু মাগী নাক্তা,
চৎখ্রেদো নংদি, নংগী লাইবমলেনগী হৌবকফমদা,
চৎখ্রেদো নংদি।

কযাদা ফজবশ্বীনো, কযাদা নিংথীবশ্বীনো নংসে,
নংগী নিঙজবশ্বা নপুবোইববু, নুংশিজবশ্বা পীক্লিবা নচাশিংবু।
চৎখ্রেদো নংদি, তেংবানবাই মপু মাগী নাক্তা,
চৎখ্রেদো নংদি, নংগী লাইবমলেগী হৌবকফমদা,
চৎখ্রেদো নংদি।

ইমা ইমা লাউবি,
পলেম হাযনা কপ্লি,
হংলি ব্রাহং কযা,
পীক্লিবা পাবি নমোমশিংনা;
নুংশিবী ঐখোযগী ইমাদো,
অচান- মীবান নাইদবী পলেমদো,

চৎখরে লমদম কৈদা,
হল্লকলবোইদ্র অমুক তাইবঙসিদা,
হায়যুনে বাবা, হায়যুনে বাবা।

পঙলবা লাইবক থীববা ঐনা,
মতম খবগী ওইবা নপুবোইবনা,
কবি পাউখুম পীদুনা, কবম্বা ব্রাহৈনা
থেমজিনগনি পীক্লিবা পাবি নমোমশিংবু।
তাইবঙলোনসু থোকত্রিবা,
চহী কুমজা ফাদ্রিবা,
নংগী মচাতোম্বীনা,
থীবি নংবু, কোযনা,
কৌবদুনা মম্মা মম্মা,
অবাম খৌবাংলক্লদুনা,
ব্রানা ব্রানা খাঙলি,
থম্মোয শোক্লা কপ্লি।
  চৎখ্রেদো নংদি, তেংবানবা মপু মাগী নাক্তা,
  চৎখ্রেদো নংদি, নংগী লাইবমলেনগী হৌবকফমদা.
          চৎখ্রেদো নংদি।
থেংলবা অহিং তাংলৌদা,
তাইবঙ কনাই খোঞ্জেল তাদ্রবদা,
তানখ্রবদা খোমলেন তুমখুন নচাশিংনা
নংবু নিংশিং নিংশিং, থম্মোয শোক্লা কপ্লি।

হেঃ তাইবঙ শেন্বা মপুও,
হুংনা নিংনা মওং ওইবিবা,
পোকলেন পোকপা হালেন হানবা,
খুকমজবি নচানা,
চংজবিযে নখুযাদা,
পীনবীযু যাইফবা,
নিজবিযে চংজফম,
মাগী থব্নায যাইবীগী,
মপু নংগী লৈকোলদা।



# (২০) ইরম লৈশিনায়া- ২

## (নুংশিখ্রেদা ঐখোযগী খুঙ্গংসে- ২)

(১)

লাক্লেদো নংদি লাক্লে, ঐবু উন্নবা লাক্লেদো,
কুমজা কযাগী তুংদা, ঐবু উন্নবা লাক্লেদো।
নিংশিঙলকখি অবুংগী,
হৌখি পুন্সি ব্রাবী,
অঙাং নাব্রাা ওইনা,
লাকখিবনি নংনা.
সিবোই ইবম অসিদা।
লাক্লেদো নংদি লাক্লে, ঐবু উন্নবা লাক্লেদে.
কুমজা কযাগী তুংদা, ঐবু উন্নবা লাক্লেদে

(২)

মৈতৈ পন্থৌ কাযনববদা,
মৈতৈ পলেম্না নোংগাথ্রবদা,
নংগী কনা লৈত্রবদা,
তাংখুল পন্থৌনা যোকখিবনি,
তাংখুল পলেমনা কোনখিবনি।
লাক্লেদো নংদি লাক্লে, ঐবু উন্নবা লাক্লেদো,
কুমজা কযাগী তুংদা, ঐবু উন্নবা লাক্লেদো।

(৩)

ঐখোয চীঙদা কাদুনা,
সিবোই চীঙদা কাদুনা,
শান্নমিন্নখি ইবান্নি,
হবাউ মোমোন নোকমিন্নখি,
সিবোই লিলি যেংদুনা।

(৪)

নোংমা ঐখোয পামদা চৎপদা, নোংমা,
চিংখৎপীখি অবুং নংবা, ঐগী খুদাং পাযদুনা, নোংমা,
শেল্লোই চীঙমাই অঙম্বদা, কামিন্নখি ইবান্নি খুৎশম্মনা,
ঐখোয পামলৌ যৌনবা, শিবোই পামলৌ যৌনবা,নোংমা।
পাল্লৌ যানখি ইবান্নি,
যোংলৈ নোংথাং শাখি,
মিৎকা মিৎকা যেংনখি,
হৌনা হৌনা নোকমিন্নখি,
হৌ হা: হৌ হা: হৌ হা:।
লাক্লেদো নংদি লাক্লে, ঐবু উন্নবা লাক্লেদো,
কুমজা কযাগী তুংদা, ঐবু উন্নবা লাক্লেদো ।

(৫)

চামিন্নখি ইবান্নি, অৱাপোম্থামিন্নখি,
হাংদোক্তু চযোমদো, অমানা হাপ্লকপা,
পামগী মচি অমদা, হবাউ মোমোন নোক্লদুনা,
নংনা ঐঙোন্দা ইনবীখি, ঐনসু নঙোন্দা ইনবীখি।

(৬)

ঐনা পোমশাংনবকপদা,
নংনা পাখঙ চঙলকপদা,
পুখি পম্থৌনা নংবু,
ইম্ফালদা, তমগী লমদা,
যোইবু যোহেন তান্নবা,
লৌশিং মৈবা চুনবা।
কাযনবমদাই মতমদুদা,
থম্মোযদা অৱাবা ফাওবকখি,
মিংলুদা পিবাং শিন্থখি,
অৱানা (ইপানা) ঐবু থেমজিনখি,
নংনসু ঐবু কোনবীখি.
হন্না হন্না, চংনা চংনা লাউবকখি নংনা,
" থুনা হল্লক্কনিযে ঐ, ঙাইবম্মু ঐবু,
ইবম লৈশিনাযা, ইবম লৈশিনাযা"
লাক্লেদো নংদি লাক্লে, পাখঙ মপুঙ ফাববা,
লাক্লেদো নংদি লাক্লে, ঐগী অবুং নুংশিবা।



## (২১) "নুংশি পন্থুং"

থেঙলবা অহিংসিদা, চেল্লকলবনি ঐসে,
চিক্লবা অহিংসিদা, লাক্লবনি ঐসে।

ইপাম লমদম থাদোক্তুনা,
পলেম পন্থৌ তুংওইননা,
পামুই কাদা যৌনবা,
নুংশি কাদা থুংনবা।

মাঙদা যেংলুই, চল্লমলে লাঙ্গোই লাম্মৈনা,
তুমদা যেংলুই, তেমশিংনবল্লে তেন্দোন শাদানবনা।

কদোমদবু চেল্লগা,
কদাইদবু চৎলগা,
ঐগী থব্রায কনগনি,
ঐগী পুন্সি হিংগনি।

মাঙদা যেংলুই, চল্লমলে লাঙ্গোই লাম্মৈনা,
তুংদা যেংলুই, তেমশিংনবল্লে তেন্দোন শাদানবনা।

খুকুমজবি খোইয়ুমও,
খুকুমজবি খোইমোমও,
থৌজাল ঈবিক খিকপীযু,
নচাই থৱায কনবীযু।

মাঙদা যেংলুই, চল্লমলে লাঙ্গোই লাম্মৈনা,
তুংদা যেংলুই, তেমশিংনবম্লে তেন্দোন শাদানবনা।

নোংলৈ নুংশিৎ শিংলক্লে,
নোংনা জম্ জম্ চুবক্লে,
লাম্মৈ চাকপসু মুৎখবে,
তেমশিংনবম্বসু মাঙখবে।

থেঙলবা অহিংসিদা, চেল্লকলবনি ঐসে,
চিক্লবা অহিংসিদা, লাক্লবনি ঐসে।

খুকুমজবি খোইয়ুমও,
খুকুমজবি খোইমোমও,
নুংশি কাদা যৌজগে,
অপাম কাদা থুংজগে।



# (২২) "মরুপ অনি"

(১)

নুংশিদা পুন্সি নংসে,
নুংশিদা থব্রায় নংসে,
পুন্সি নংনা লৈরিমখৈ,
থব্রায মাসু মরৈগনি,
থব্রায মানা লৈবিমখৈ,
পুন্সি মাসু মবৈগনি।
থব্রায় মাসু চৎখিগনি,
পুন্সি মাসু মমখিগনি,
মাঙখিগনি অনিমক লোযননা,
থাদোক্লন্নগা হকচাং নুংশিববা।

(২)

লৌবি পুন্সি নংনা,
শক্তম তোংঙান তেংঙানবা,
তাংকক্ কয়া থোক্লি,
মতেক মতেক শম্নবি,
অব্রা অনা শম্নবি,
নুংঙাই য়াইফ থল্লি।
তাইবঙ কুম্মৈ ফম্বাকসিদা,
মালেম তম্পাক থকসিদা,
শান্নবি পুন্সি নংনা,
মখল মখেলগী শক্তমদা,

নিংথৌ শাবি কনানা,
কনানা শাবি চাক্লিবা,
খবনা কপ্লি হীক্লা হীক্লা,
খরনা নোক্লি হৌনা হৌনা।

(৩)

পুঙ্সি মানা ৱাবগা,
থৱায মানা কপ্লি,
পুঙ্সি মানা নুংঙাইবগা,
থৱায মানা নোক্লি,
শান্নবি থৱাযনা চেনচোংদুনা,
তাইবঙ হকচাংনুংশিদা,
লৈবক শাথৌবা ওইবদুনা,
খোংবাল লাল্লুম্বা ওল্লদুনা,
হামলেন হুমলেন পুবদুনা,
অঙাং অশা খাযবদুনা,
হিংননবা পুঙ্সি মানা।

(৪)

তাইবঙ চেংজেল লোইববদা,
হন্নমুক্তং যেংলকপদা,
মাগী কনা লৈবমদ্রবদা,
থৱায মানা কপচবি,
যাইবী মানা তেংথাবি,
কৌবা কৌবা পলেম্বু,
নিংশিং নিংশিং পম্থৌবু।

(৫)

থৱায় মানা হায়বক্লি,
যাইবী মানা ৱাখৈবক্লি,
" পোকপা শিবা নাইবা,
পুন্সি নংবু নুংশিবা,
লোযনবম্মী মতম খবা,
নংগা ঐগা পুন্না,
পাথৌ পাথৌ কৌনবগা
লুনা চান্না তিন্নবম্মী,
থৱায ঐনা লৈবনা,
তাইবঙ পুন্সি ওইবম্মী,
থৱায ঐনা লৈত্রবদি,
পুন্সি নংশু খৈবনি,
হকচাং কুযোম থাদোক্লুনা,
শিদা পাউজেল লাক্লবদা,
স্বৰ্গগী নিংথিবা লৈকোলদা,
তিশ্রগেকো থৱায ঐদি,
লৈনম ওইনা লৈরাংগী।



# (২৩) "লমদম্ নুংশিথেল,
# থম্মোয় নুংওনচীঙ"

(১)

কৈনোবা হাযবোসে, কৈনোবা হাযরোসে,
মফমসিদা কৌবিবা, লমদমসিদা কৌবিবা।
কিনা কিনা লাকচবনি,
লোন্না লোন্না চেল্লকপনি,
পলেম পম্লৌ খঙহন্দনা,
তাইবঙ কনা তাহন্দনা।

" সে হাযবোমী, কবি ব্রা হায়দোযনো, হাযবোসে,
সুম মুন্না যেংদুনা লৈরিবা কবিগীনো,
অদুমাই তৌদু ওইবদি, ঐ চৎলগেবা"

(২)

তাইবঙ কনা উদ্রবা,
নমু কনা খঙদ্রবা,
লমদম নুংশিথেলসিদা,
থম্মোয নুংওনচীঙসিদা,
লাক্লেদো নংদি নুংশিবী,
যৌবক্লেদো নংদি চান্নবী,
ঐগী মাঙদা লেপ্লবে,

নুংশি শক্তম উৎলবে।
কবম্নবু হাযবিবা,
"নুংশি, নুংশি, নুংশি হাযনা,"
কবম্নবু ফোংদোকসিবা,
"পাম্মুই, পাম্মুই, পাম্মুই হাযনা।"

(৩)

চাক্লিববা মৈচাক অমা,
থম্মোয লকা নুংদুদা,
নুংশি নুংওন কৌববা,
ফোংদোকপদি ঙমদবা।
শাবী শানৌ অনিনা,
মুন্না মুন্না যেংনবগা,
মিৎলু পিবাং শিন্থবগা,
চেৎনা চেৎনা কোনশিন্নবগা,
হীক্লা হীক্লা কপমিন্নবগা,
নুংশি- নুংওন কৌববা।
লমদম্ নুংশিথেলসিদা,
থম্মোয নুংওনচীঙসিদা।



# (২৪) "মনিপুর হায়না কৌবী"

(১)

হে ! ইমা নুংশিবী,
মনিপুব হাযনা কৌবী,
কোলোয মিংলেন নিংথীবী,
কংলৈপাক হাযনা কৌবী।

চীঙশাং কযানা কোযশিল্লি,
তম্পাক্লা মযোল ওইবি,
খোল্লাং ঈচেল চেন্থবি,
চীঙলোন কযা ফাওদুনা,
তম্পাক লমদম লান্দুনা,
পাবি চাউদা লাঙ্গোল্লি,
নমোম চাউদা নাওযোক্লি।

হে ! ইমা নুংশিবী,
মনিপুব হাযনা কৌবী,
কোলোয মিংলেন নিংথিবী,
কংলৈপাক হাযনা কৌবী।

(২)

চীঙবুবোই তম্বুবোই,
চীঙদা তাবা চীঙমীনা,
তমদা তাগে মহাযবা,
তমদা তাবা তম্মীনা,
চীঙদা তাগে মহাযবা।
চীঙদা পোম্বী লৈবাংনা,
তমদা শাৎকে মহাযবা,
তমদা পোম্বী লৈবাংনা,
চীঙদা শাৎকে মহাযবা।

হে ! ইমা নুংশিবী,
মনিপুব হাযনা কৌবী,
কোলোয মিংলেন নিংথীবী,
কংলৈপাক হাযনা কৌবী।

(৩)

চীঙমী তম্মী ঐখোযসে,
তম্মী চীঙমী ঐখোযসে,
পম্বৌঅমত্তগী মমোমশিংনি,
পলেমমত্তগী মপাবিশিমনি,
লাই হবাউবা যৌবকপদা,
গান ঙাইনা লাকপদা,

লুইঙাইনিনা যৌবকপদা,
কুৎ কুম্মেনা লাকপদা,
শাশি জগোয় পুন্না,
শকশি ঈশৈ পুন্না,
মনিপুব ইমাগী তম্পাক্তা।

হে ! ইমা নুংশিবী,
মনিপুব হায়না কৌবী,
কোলোয় মাগী নিংথীবী,
কংলৈপাক হায়না কৌবী।



## (২৫) "করিগী নুংশি হায়দ্রিনো!"

(১)

হুবান হুবা তুমিন তুমিন যেংলকপা,
নংগী মিংযেং অদুনা,
হুবান হুবান তুমিন তুমিন নোক্লকপা.
নংগী মিনোক অদুনা,
হুখবে ঐগী থম্মোয,
তাউখবে নুংশি ঈপাক্তা।
অহিং কয়া লেনখি,
নুংশিবা নংগী বাখলদা,
চাবা থকপা কাউখি,
পাম্মুবা নংগী মগুলান্দা।

নোংমা উন্নখি, যেংলমদনা চংখি হন্নমুক্তা,
নোংমা থেংনখি, হংলমদনা চংখি ব্রাহংমন্তা।

(২)

হুবান হুবান তুমিন তুমিন যেংলকপা,
নংগী মিংযেং অদুনা,
হুবান হুবান তুমিন তুমিন নোক্লকপা,
নংগী মিনোক নোক্লকপা,
হুখবে ঐগী থম্মোয,
তাউখবে নুংশি ঈপাক্তা।

নংগী নতৌদু উবদা,
পোকখি থম্মোযদা শাউনিংবা,
নংগী নওংদু উবদা,
কাযখি থম্মোযসে মচেৎ - মচেৎ।

নোংমা লাকখি, কৌখি ঐবু নুংশিনা,
নোংমা হৌবকখি, কোযবা চৎমিন্নখি ইবান্নি কোযবা।
হুবান হুবান তুমিন তুমিন যেংলকপা,
নংগী মিৎযেং অদুনা,
হুবান হুবান, তুমিন তুমিন নোক্লকপা,
নংগী মিনোক অদুনা,
হুখবে ঐগী থম্মোয,
তাউখবে নুংশি ঈপান্থা।

(৩)
ঐবু যেংখি নংনা,
নংগী থম্মোয পেন্নবা
ঐসু যেংখি নংবু,
নিংবা কাযবা মিৎযেংনা।

চৎখি ইনাক্তগী, ব্রাহৈ মত্তা হায়বমদনা,
লাপথোকখি ঐঙোন্দগী, নুংশি হায়না হাযবমদনা।

হবান হবান, তুমিন তুমিন যেংলকপা,
নংগী মিংযেং অদুনা,
হবান হবান, তুমিন তুমিন নোক্লকপা,
নংগী মিনোক অদুনা,
হখবে ঐগী থম্মোয,
তাউখবে নুংশি ঈপাক্তা।

(৪)

ইনুং কয়া লোইখবে,
থাবুম কয়া হৌখবে,
নোংজু কয়া লোইখবে,
নিংথম কয়া হৌখবে।
চাক্লবা অহিংগী, খেঙলবা তাংলৌদা,
সাক্লবা থম্মোযসে, পুবদুনা ইতোমতা,
নিংশিং নিংশিং নংবু,
কোঙদোকপা ঙমদ্রবা ঐনা,
ঐগী থম্মোযগী নুংশিবসে,
কপচখিনে ইতোমত্তা,
খাঙবা ঙমদ্রবা ঐনা,
নুংশিবা নংবু উনিংবনা,
পম্মুবা নংবু যেংনিংবনা।



# (২৬) "নুংশি নুংশি হায়রম্লগা"

নুংশি নুংশি হাযবম্লগা,
পাম্মুই পাম্মুই শোল্লম্লগা,
লমদম কৈদা চৎখ্রবা,
পাম্মুবা নংবু নুংশিবা,
নুংশি নুংশি হাযবম্লগা,
পাম্মুই পাম্মুই শোল্লম্লগা।

মালংবনা হুন্না হুন্নগা,
মৈচাক হেনবগুম মৈবিগী,
মতম্মা ৱাইব ৱাইবগা,
নুংশি মৈচাক হেনগৎলক্লি।
নুংশি নুংশি হাযবম্লগা,
পাম্মুই পাম্মুই শোল্লম্লগা।

খঙলমদে নুংশিবা কবিনো হাযবা,
তম্বীদ্রিঙৈ নংনা ঐবু নুংশিবা.
ওইহনসি নংগী ঐগী নুংশিবা,
পান্নাইদ্রবা মালেম অতিযা শম্নফম।
নুংশি নুংশি হাযবম্লগা,
পাম্মুই পাম্মুই শোল্লম্লগা।

লাক্লোগবা নংবু পাম্মুবা,
ফম্লবো ঐগী ইনাক্তা,
শান্নসি নুংশি ৱাবী,
নাপ চিক্লা তানশি।

নুংশি নুংশি হাযবন্লগা,
পাম্মুই পাম্মুই শোল্লন্লগা।



# (২৭) "খুরুমজরি ইমা ইমৈাইনু"

খুকুমজবি ইমা ইমোইনু,
পুনেমজবি পলেম অহোঙবী।

যৌবক্লবদা পোইনু থা- না,
লৌখাও মতম ওইববদা,
থাঙ্গোল মযা থৌনা খাংনা,
লৌবক মাযকৈ তম্নবি,
ফৌগৈ থন্না হাপ্লবি,
পুক্কৈ থন্না লেপচবি।

খুকুমজবি ইমা ইমোইনু,
পুনেমজবি পলেম অহোঙবী।

ব্রাকচিংগী উনখা তাবক্লবদা,
উনা ব্রানা কেল্লকলবদা,
কুমজা খুদিং থৌগনজবা,
চহী খুদিং থৌনিজবা,
বাকচিংগী তাবানিথোইনি পানবদা,
লৌবুক্তা উবোক তাদবদা।

খুকুমজবি ইমা ইমোইনু,
পুনেমজবি পলেম অহোঙবী।

কচ্চবি ইমাগী ভাংলৌদা,
হৈবাঙ লৈবাং খবদংদা,
পম্বৈগী লৈকোলদগী হেকচবগা,
মোংবগী কাজাও মযাযদা,
ফুঙ্গা লাইক মনাক্তা,
মথেল লূককোয কচ্চবি।

খুকমজবি ইমা ইমোইনু,
পুনেমজবি পলেম অহোঙবী।

পুক্ক থন্না হাপ্লীবি,
লনচৈগে থন্না পীবীবি,
লৈশিং মৈবা চুবীবি,
শাংগো খাইদৈ ওইবীবি,
পুন্সি নুংশাং পীনবীযু,
যেক্লা- খিরক ভমহনবীযু।

খুকমজবি ইমা ইমোইনু,
পুনেমজবি পলেম অহোঙবী।

ঙসিনা কবি চাগনি,
হযেংনা কবি শেৎকনি,
পাবি কবম যোক্কনি,
ইমোম কবম কোনগনি,
কোবৌ মানা থোক্ত্রিবৈঙে,

ফিজেৎ ফিগাই শেৎতুনা,
কোক্তা পোৎলুম পুদুনা,
সনা কৈথেল কাবিবী,
অহোঙ অচাউ তীক্লগা,
কোবৌ চুপ্পা খাঙলিবী,
তাইবঙ কৈথেল অচৌবদা,
নুমিৎ তুপ্পা শুবিবী,
চীঙগী পলেম নুংশিবী,
পান্নাউ শিংনাউ যোল্লিবী,
তমগী ইমা নুংশিবী,
যেলাং কেঙোই যোল্লিবী।

পীনবীযু চীঙগী- তমগী পলেমশিংদা,
ঙমহনবীযু শেনগাও থন্না হাপ্পা,
পাবি চাউদা লাঙ্গোলনবা,
মমোম চাউদা নাউযোক্লবা।

খুকমজবি ইমা ইমোইনু,
পুনেমজবি ইমা অহোঙবী।

ব্রাকচিং থানা লাক্লবদা,
পোইনু থানা চৎখ্রবদা,
খাগী নুংশিৎ নামিবনা,
হাইনা হুম্না শিৎলক্লবদা,
লৈবাং নিংথী শাৎত্রবা,

হৈরাং হৈজিং পান্দ্রবা,
পম্বৌগী ইংখোল মতোন্দা,
তুম্বক তাশিন্না লৈবিবা,
চরু ইকু মথক্তা,
অঙৌবা উনতনা কুপ্লবদা,
ফাউবীবক্লো ইমা তাইবঙসিদা,
লেংশিনবীবো যুমথোঙ খুদিংদা,
সনা খুদোপ যাইওইবদগী,
খুনিংথৌদা শিবিবা ইমাগী,
খিকথবীবো চেঙগী চেঙফু থন্না,
চাইথবীবো ফৌগী ফৌগৈ থন্না।

খুকুমজবি ইমা ইমোইনু,
পুনেমজবি ইমা অহোঙবী।



# (২৮) "তেংবানবা মপুগী লৈফম"

থিরুই ঐনা নংবু তেংবানবা মপু,
কোযচৎ চৎতুনা মালেম থুংনা।

(১)

য়েংলুই লাইশঙ কয়া চঙদুনা,
লৈবমগদ্র খন্দুনা মফম অদুদা,
য়েংলুই মন্দিব, মসজিড, গীর্জাশিংদা,
থেংনগদ্র নিংদুনা মফম অদুদা।

থিরুই ঐনা নংবু তেংবানবা মপু,
কোযচৎ চৎতুনা মালেম থুংনা।

(২)

অশুকপা উমং কযা চঙদুনা,
হংলুই নংবু অচৌবা উপালশিংদা,
য়েংলুই নংবু য়েৎলিবা উবীশিংদা,
শাকই ব্রাবী শা- উচেকশিংগা।

থিরুই ঐনা নংবু তেংবানবা মপু,
কোয়চৎ চৎতুনা মালেম থুংনা।

(৩)

লোইবী চীঙজাও কয়া কাদুনা,
অব্রাংবা চীঙজাও মতোন অদুদা,
লাউজরুই ঐনা হন্না হন্না,
খুল্লকদ্রা খন্দুনা মপু নংনা,
তাল্লকদ্র নিংদুনা লৈফম নংগী,

খোম্থাং যৈবা খোঞ্জেলনা ঐগী,
হল্লকলগা নোক্লা নোক্লা ঐগী,
নাকোংদা হন্না হন্না য়ৈখি,
তাবা লৈখিদরে খোঞ্জেল নংগী,
খুন্নকপা লৈখিদবে পাউখুম ঐগী।

থিরুই ঐনা নংবু তেংবানবা মপু,
কোয়চৎ চৎতুনা মালেম থুংনা।

(৪)

পাৎ তুবেল কয়াদা চাউববা,
লৈরমগদ্র খন্দুনা লেপ্তুনা নংনা,
সমুদ্র ঈপাক কয়াদা পান্নাইদ্রবা,
ঙাইবমগদ্র খন্দুনা ঐবু নংনা,
ঈথৎ ঈপোম ঈৱায মবক্তা,
ফাওগৎলক্কদ্র খন্দুনা মপু নংনা,
কোয়যেং যেংজরুই থম্মোয় লুম্না,
জহাজশিং নত্তনা অচৌ অচৌবা,
উবা লৈখিদবে নংগী শক্তম,
টু খোংবা মখোল নত্তনা,
তাবা ফংখিদবে নংগী খোঞ্জেল।

থিরুই ঐনা নংবু তেংবানবা মপু,
কোইচৎ চৎতুনা মালেম থুংনা।

(৫)

চঙদুনা শুকুং কযা কযাদা,
খংখুই শুকুং পাখঙবগী লাইকোল,
থাবোন শুকুং ইবুধৌগী লৈফম,
লেপ্তুনা লেপ্তুনা চৎনা চৎনা,
কোন্থনা কোন্থনা চঙনা চঙনা,
কুন্না কুন্না শিৎনা শিৎনা,
উপ্রাং হীপ্না চঙদুনা শুকুংশিংদা,
যৌবকখি অপাকপা অচৌবা শুকুং,
মিবাংতনা যোন্নবা কাজাউ নত্তনা,
উবা ফংখিদবে নংগী শক্তম,
শেকপী কযাগী মখোল নত্তনা,
তাবা ফংখিদবে নংগী খোঞ্জেল।
থিকুই ঐনা নংবু তেংবানবা মপু,
কোয়চৎ চৎতুনা মালেম থুংনা।

(৬)

অমম্বা অহিং, খেঙলবা চীক্লবা,
তাইবঙ পুম্বা খোমলেন তানখ্রবদা,
চংবী লাবোং অশাংবা মনাদা,
লোংনা হীপ্তুনা যেংলি ঐনা,
উববা হায়দুনা নংগী শক্তম,
থোবকপবা হায়দুনা অতিযা মকোযদা,
থব্রাই মিচাক পবেং নত্তনা,
উবা ফংখিদবে নংগী শক্তম,

উল্লকপা লৈখিদবে নংগী শকলোন।
থিকুই ঐনা নংবু তেংবানবা মপু,
কোযচৎ চৎতুনা মালেম থুংনা।

(৭)

ফংবা কৌবা মবৈত্রবদা নংবু,
উবা কৌবা মফংদ্রবদা নংবু,
পুবদুনা চোকথববা হকচাং অসে,
পুবদুনা লুল্লবা থম্মোয অসে,
ফমদুনা লাইনিংথৌ সনামহী লাইমাঙদা,
মিৎলুদা পিবাং মতুম শিন্থনা,
থম্মোযকোন্দা চিংশিন চিংশিন,
থব্রাইকোন্দা লাকশিন লাকশিন,
নিঙজখি নংবু থম্মোয চেৎনা,
কৌজখি নংবু লোম্থোক্তবা লোন্না।

(৮)

থৌজাল ঈবিক খিকপীবকখি নংনা,
মঙাল অমা ফাওবকখি ঐঙোন্দা,
লৈবক্লে নংদি থম্মোয খুদিংদা,
থব্রায পানবা জীবা পুম্নমকতা,
“ ঐবু নুংশি নিঙজবসে,
তম্মু নুংশিবা জীবা খুদিংমকসে,
থব্রায খুদিঙমক ঐগী শক্তমনি,
খোঞ্জেল খুদিঙমক ঐগী খোঞ্জেলনি,
কথোকউ নংগী তেল্লবা পুন্সিদো,

মীওইবনা মীওইববু নুংশিবদা,
যোম্থোকউ নুংশিবগী লৈনমদো,
তাইবঙ জীবা খুদিং থুংনা,
মদুতনা ফংলবনি ঐবু নংনা,
মদুতনা ফংলবনি অবানবা খুভম,
তাকপীবকখি মপু মানা নুংশিবা,
তক্সীরকখি শিদবা মানা নিংথীবা।।



# (২৯) "অহানবা নুংশিবা"

নুংশিনখি নংগা ঐগা, অহানবা উন্নবমক্তদা,
মিৎকা মিৎকা চান্নখি, থম্মোয় তিন্নখি।

(১)

নংগী নুংশি শক্তমসে,
যেংবগী পেনবা নাইদবে,
লাইগী মচা মানখবে।
নংগী মাযথোঙ থম্বালসে,
ফজবৈ ঙমখৈ লৈতবে,
থাজনা ইকাইনিঙাই ওইবে।
নুংশিনখি নংগা ঐগা, অহানবা উন্নবমক্তদা,
মিৎকা মিৎকা চান্নখি, থম্মোয থম্মোয় তিন্নখি।

(২)

নংগী মিৎস্না থম্বালনা,
তুমিন তুমিন যেংলকপদা,
থম্মোয় অসি হুখবে,
নংগী ঙাংলবা চীম্বালনা,
নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবকপদা,
থম্মোয় অসি কাযখবে।
নুংশিনখি নংগা ঐগা, অহানবা উন্নবমক্তদা,
মিৎকা মিৎকা চান্নখি, থম্মোয থম্মোয় তিন্নখি।

(৩)

নংগী শাংলবা শল্লাংনা,
হাইনা হুমনা শান্নবদা,
তোংলবা নিংদু যৈদুনা,
নংগী চেংলবা খ্বাংদুদা,
খোযদৌ থল্বাল উবদা,
থম্মোয় অসি নুংওনখবে।
নুংশিনখি নংগা ঐগা, অহানবা উন্নবমক্তদা,
মিৎকা মিৎকা চান্নখি, থম্মোয থম্মোয তিন্নখি।

(৪)

নংগী নুংশিবা খোঞ্জেলনা,
নুংশিবা পাম্মুবা হাযনা,
নুংশি ঈশৈ শক্লকপদা,
কাযখবে ঐগী থম্মোযসে,
শুমহৎখ্রে ঐগী থম্মোযসে,
নিংবা থুংলে পুন্সিসে।

নুংশিনখি নংগা ঐগা, অহানবা উন্নবমক্তদা,
মিৎকা মিৎকা চান্নখি, থম্মোয থম্মোয তিন্নখি।



# (৩০) "লোক্তাক পাৎকী নুংশি হিনাউ"

(১)

হো নুংশিবী থম্মোয নুংওনবী,
কাযনগুমসি নংগা ঐগা মপোকসিমগী,
থাজনা মপুঙ ফাবকপগুম নোংমা নোংমগী,
নুংশি পন্থুং যৌহনসি ঐখোযনিগী।
থাবল ফববা অহিংসিদা,
লোক্তাক পাৎকী মযাযসিদা,
নুংশিবী নংগা ঐগা লোযননা,
হোল্লি নুংশি হিনাউ মাযকৈ খঙদনা।

(২)

হো নুংশিবা থম্মোয নুংওনবা,
থুংনশি নংগা ঐগা মপোক তবেৎলক্তা,
নুংশি পন্থুং যৌজগে, শাবী নংবু পাম্মুবা,
পাম্মুই কাদ যৌজগে, মানজা নংবু নুংশিবা।
থাবল ফববা অহিংসিদা,
লোক্তাক পাৎকী মযাযসিদা,
নুংশিবা নংগা ঐগা লোযননা,
হোল্লি নুংশি হিনাউ মাযকৈ খঙদনা।

(৩)

হো নুংশিবী থম্মোয নুংওনবী,
ওইহনগুমসি নংগী ঐগী নুংশিবা,
মপুঙ ফাদবা খাংউথক্কী ওইবা,
শাবো জগোয নুংশিবী নুংওনবী।
থাবল ফাববা অহিংসিদা,
লোক্তাক পাৎকী মযাযসিদা,
নুংশিবী নংগা ঐগা লোযননা,
হোল্লি নুংশি হিনাউ মাযকৈ খণ্ডদনা।

(৪)

হো নুংশিবা থম্মোয নুংওনবা,
শকলো ঈশৈ নংগী ঐগী নুংশি- নুংওনগী,
নৌণী তাম্থা যৈদুনা, লাইজা তাম্থা লোযননা,
শাবগে জগোয নুংশি হিনাউ মথকসিদা।
থাবল ফাববা অহিংসিদা,
লোক্তাক পাৎকী মযাযসিদা,
নুংশিবা নংগা ঐগা লোযননা,
হোল্লি নুংশি হিনাউ মাযকৈ খণ্ডদনা।



# (৩১) "নোংজুগী অহিং"

নোংজুগী অহিংনি,
মন্নবা তাংলৌনি,
নোংশু চুবি,
নোংথাংশু কুপ্লি।

খোমলেনসু মাঙখবে, মঙলানসু তামখবে,
নুংশি নুংওল্লকলে, থম্মোযসে চাক্লকলে,
নোংলিশিংবু যেংদুনা মাবু নিংশিংলি,
উনিংবনা মাবু নুংশিবী, যৌনিংবনা নাক্তা পাম্মুবীগী।

নোংজুগী অহিংনি,
মন্নবা তাংলৌনি,
নোংশু চুরি,
নোংথাংশু কুপ্লি।

খাঙঙমদবে থম্মোযসে, নুংশিবী মাগী ব্রাখলদা,
পুঙমদরে থব্রায়সে, পাম্মুবী মাগী মৈচাক্লা,
চেংলৌ শক্তমদুনা, থোঙজিন্দা লেপ্লবে,
নুংশি ঈশৈনা, ঐবু কৌবক্লে।

নোংজুগী অহিংনি,
মন্নবা তাংলৌনি,
নোংশু চুবি,
নোংথাংশু কুপ্লি।

মালংবনা হুন্নকপদা, লাইজ ঈবিক পুববা,
হাংদোবক্লে থোঙজাও, ঐগী কাগী তুমদ্রবা,
থোঙজিন্দুদা লেপ্তুনা, খুৎলাম তোযনা কৌবক্লে,
মোমোন মোমোন নোক্লক্লে, লাকলো চান্নবা হায়বক্লে

নোংজুগী অহিংনি,
মন্নবা তাংলৌনি,
নোংশু চুবি,
নোংথাংশু কুপ্লি।

থোকখবে মাদি, নোংগী নোংলিকলক্তা,
কৌবন্নগা ঐবু, খুৎলাম তোযনা,
চেস্থোকলি ঐসু, লৈকোল তম্না,
থিকবি মাবু, লোৎখ্রববা খন্দুনা।

নোংজুগী অহিংনি,
মন্নবা তাংলৌনি,
নোংশু চুবি,
নোংথাংশু কুপ্লি।

উরক্লে মিংসিনা, মাবু নুংশিবী,
থোল্লম্বা ফিজোল, স্বগগী লাইবেম্বীগী,
শাবক্লে জগোয, মালংগী তাম্বাদা,
শক্লক্লে ঈশৈ, নোংজুগী ঈব্রায়দা।

চংশিল্লি ঐনা,
লাপথোকখি মানা,
তান্নজৈ ঐনা,
চেস্থোকখি মানা,
মাঙখবে খঙহৌদনা,
নোংজুলক্তা মল্লবা,
লৈহৌবে খাঙঙমদনা,
চাল্লবা থম্মোযনা।

নোংজুগী অহিংনি,
মল্লবা তাংলৌনি,
নোংশু চুবি,
নোংথাংশু কুপ্লি।



# (৩২) "সে কোলোমসে পায়রোবা"

(১)

সে- কোলোমসে পায়বোবা,
ইবোবা নংগী শৈবেংদো,
নংগী নমাঙদা লেপ্তুনা,
লৈবগেবা ঐ,
সে কোলোমসে পাযবোবা।

(২)

ইবগে নংগী ফজবই শৈথাবোলবু,
কোলোম অসি পাযবদুনা,
যেক্লগে নংগী নুংশি শক্তমবু,
কোলোম অসি পাযবদুনা।

তঙাং তঙাংবা চীন্বালনি নংগী,
ঙৌবোক ঙৌবা খজাইনি নংগী,
বাশী লৈনা নোকপীনি নংদি,
থম্মোয তংখায তাবীনি ঐগী।

ইবগে নংগী ফজবই শৈথাবোলবু,
কোলোম অসি পাযবদুনা,
যেক্লগে নংগী নুংশি শক্তমবু,
কোলোম অসি পাযবদুনা।

তবা তবাবা শাবান্নি নংগী,
শম্লাং চোইনা তাবীনি নংগী,
খোয়দৌ থম্বাল কুৎপীনি নংদি,
তিল্লাং খোয়দানিঙঙাইনি ঐগী ।

ইবগে নংগী ফজবই শৈথাবোলবু,
কোলোম অসি পায়রদুনা,
য়েক্লগে নংগী নুংশি শক্তমবু,
কোলোম অসি পায়বদুনা।

চেংলপ তৌবা খ্বাংনি নংগী,
তোংলপ তৌবা নিংদুনি নংগী,
কোয়বাওনবী মিৎম্নানা নোকপীনি নংদি,
যেংজরগা পেঞ্জবনি থম্মোয়না ঐগী।

ইরগে নংগী ফজবই শৈথাবোলবু,
কোলোম অসি পায়বদুনা,
যেক্লগে নংগী নুংশি শক্তমবু,
কোলোম অসি পায়বদুনা।

(৩)

সে কোলোমসে পাযবোবা,
ইবোবা নংগী শৈবেংদো,
নংগী নমাঙদা লেপ্নুনা,
লৈবগেবা ঐ,
সে কোলোমসে পাযবোবা।

(৪)

নোল্লক্কনু মোমোন মোমোন,
যেংলক্কনু মুনা মুনা,
কাঙলক্কনু চীন্বাল অদু,
হাযবক্কনু নুংশি ব্রাহৈদু,
কাযখিনি থম্মোযসে ঐগী,
চেনখিনি ঈচেল ওইনা ঈ- গী ,
লৈমাযথক্তা মালেমগী, চেনা থক্তা শৈবেংগী।

(৫)

সে কোলোমসে পাযবোবা,
ইবোবা নংগী শৈবেংদো,
নংগী নমাঙদা লেপ্নুনা
লৈবগেবা ঐ,
সে কোলোমসে পাযবোবা।



## (৩৩) "কায়নরসি অরিবা চহী"

কায়নবসি অবিবা চহী নংগা ঐগা,
কায়নবসি হৌখ্রবা কুমজা নংগা ঐগা।

নুংশিদকো নহাকসে,
পাম্মুইদকো নহাকসে,
নিঙঙমহৌদে পুন্সিসে,
খাঙঙমদেকো কায়নবসে।

চৎখবো নহাক চৎখবো,
মতমগী ঈরোংনুংদা লুপখবো,
পান্নাইদ্রবা ঈপাক্তা তাউথখবো,
কাযনবসি, কাযনবসি নংগা ঐগা।

নহাক হন্না য়েংলক্কনু,
নুংশি মাযথোং উল্লক্কনু,
নহাক মুন্না যেংলক্কনু,
অব্রা মায়থোঙ উল্লক্কনু।

নিংশিংলি ঙসিগী অবোইবা পুংজাদা,
নিংঙমহৌদ্রি ঙসিগী অবোইবা মীকুপ্তা,
হে ! অবিবা চহী নংবু নুংশিবা,
থাজা কযা লেনখিন্নবকখি নংগা ঐগা,
কোবৌ কযা চংমিন্নববখি নংনা ঐগা,
নোংমনা নোক্তুনা, নোংমনা কপতুনা।

বসন্তগী অয়ুক্তা,
লৈবাং লৈশাৎ তম্নকপদা,
নুংশি লৈনম ফাওবকপদা,
থম্মোয তনিক তনিক্লা,
নুংশি ব্রাখলদা তাউখি,
পাম্মুই ব্রাখলদা ঙাউখি।
নিংশিংদবা অবিবা চহী,
মতম অদু নুংশিববা,
শাববা নুংশা কালেনগী,
মম্লবা অহিং নোংজুগী,
নোংজু- নুংশা খঙদনা,
নুংঙাই ব্রাখল থন্দুনা,
নোকমিন্নখি ইবান্নি,
অব্রা থম্মোয পুদুনা,
কপমিন্নখি ইবান্নি,
নিংশিংদবা অবিবা চহী,
মতম অদু নুংশিববা?

নিংথম উনখা তারক্লে,
ঈংবই পনখৈ য়ৌবক্লে,
চৎখবো নহাক চৎখবো,
মতমগী ঈবোংনুংদা লুপখবো,
পান্নাইদ্রবা ঈপাক্তা তাউথখবো,
কাযনরসি কায়নবসি, নংগা ঐগা।

কাযনরসি অবিবা চহী নংগা ঐগা,
কাযনরসি হৌখ্রবা কুমজা নংগা ঐগা।



## (৩৪) "লৈমরেল শৈথারোল"

খুকমজবি ইমা লৈমবেল শিদবীও,
পুনেমজবি তাইবঙ পোকপী পলেমও
নংদি মমানি তাইবঙপুম্বগী,
সনামহী নাওকোনবীনি,
পাখঙববু নাওয়োকপীনি,
শলাই তবেৎ শনবীনি,
শাগৈ লিশিং যোকপীনি,
মালেম শিন্থুংনা শাইওনবীনি।
খুকমজবি ইমা লৈমবেল শিদবীও,
পুনেমজবি তাইবঙ পোকপী পলেমও।
লাইযামশিংগীসু পলেমনি,
তবংদবু হিহোনবীনি,
মালংদবু নোংথৌবীনি,
তেংবান্বা মপু মহাক্না,
ওইগী নিংশা হোনবদা,
লেঙথোবকপীনি মকোক চিংনা,
সনাগী লুহুপ উপ্পুনা,
লুপাগী ফিজোল থোন্দুনা,
লৈশেম জগোয শাবদুনা,
লৈতায জগোয শাবদনা

হৃমনি শুবা নাব্রাবু,
সনাগী মচু মানববু,
লাইজনুংদা লৈবিবা,
চফু অহিংবা মনুংদা,
ইমা নংনা লৌখৎপনি,
পলেম নংনা কোনবীবনি,
ফনেক ফিগাও শাবদুনা
থম্মোয়দা চেৎনা কোনশিনবীখি,
মালেমদবু যোকপীখি।
সনা মচুনা ফুদোংলবা,
নাব্রা মাবু যেংলগা,
কোয়লোই মিংলেন থোনখিদো,
সনামহী হায়না কৌখিদো।
নাব্রাগী ফজবা উবদা,
শিদবী ইমা লৈমবেলনা,
তিল্লাং খয়োংনখিদো,
মিহুন লাংখি খোযজিখাদা,
মরু হুনখি নাওযোমনুংদা,
থাবুম তাবা নুওপুবগা,
কোঞ্জিন তুকথবা পোকখিদো,
পাখঙবা হাযনা মিংথোনখিদো।

সলাইলেনগী ওইদা ফম্লগা,
মনি মুক্তাগুম ঙাল্লগা,
লৈমবেল শিদবী কৌনবি,
পুক্কে- লনগৈদা লৈবগা,
ইমোইনু হায়না খঙনবি,
অহোংবী হাযনা কৌনবি,
লাইজনুংদা লৈবগা ইমানা,
ইবাই লৈমা কৌনবি,
ঈবৈমা হাযনা খঙনবি,
লম্লক্তবু লৈবগা পলেমনা,
সনা মিৎযেং শাংখৈবগা,
লমলৈমা হাযনা কৌনবি,
শাইওন কযা ওনবীনি,
শাফোং কযা ফোঙবীনি।

খুকুমজবি ইমা লৈমবেল শিদবীও,
পুনেমজবি তাইবঙ পোকপী পলেমও।



## (৩৫) "ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা"

(১)

পাবি চাউদবা নংদি নুংশিবা ইমাগী,
চৎখ্রেদো মপুগী নাক্তা,
খাঙভুথক্তা মাঙখ্রেদো,
লৈখোক্তগী থৎখ্রেদো,
তাইবঙ শিঙ্খা লোইদ্রিঙৈদা,
মপুগী থৌদা পাঙদ্রিঙৈদা।

(২)

তাদ্রববা নংবু,
উদ্রববা নংবু,
খঙদ্রববা নংবু,
নংবু পোকপী পলেম ঐনা,
তেংথাবিবসে থম্মোয শোক্না,
কপ্লিবসে হীক্লা হীক্লা।

(৩)

নংনা নাব্রা ওইবিঙৈ,
ইমাই খোন্নাং থক্লিঙৈ,
ওইনা ওইনা কপখিবদো,
হবাউ হবাউ নোকখিবদো,
নিংশিং নিংশিং কপ্লি,
পলেম ঐনা নংবু পোকপী।

(৪)

পন্থৌ মাঙ্গোল খেঞ্জোংলাংদা,
নংনা শনশা চৎপদো,
পন্থৌ শুমাং মথৌবুংদা,
নংনা চেন্দুনা শান্নবদো,
নিংশিং নিংশিং তেংথাবি,
পলেম ঐনা নংবু পোকপী।

(৫)

নশুং নমান্নবা কযা,
চাউবা শবেপ ফাববা,
চৎলি মহৈ তম্বা,
পাঙথোক্লি মপুগী শিম্থা,
নংদি কদাই চৎখবে,
লমদম কৈদা লোৎখবে,
যাওবক্তবে মযামগী মবক্তুদা,
লৈবমদবে চেন্থোক্তুনা যেংলুবদা।

(৬)

থল্লি নংগী লাইবিকশিংসু লেংদনা,
পীক্লবা কাদুদা নংনা লৈবম্বা,
নংনা খোংলম্বা গীতবগী সুবনা,
নংনা শক্লম্বা ঈশৈগী খোম্থাংনা,
হৌজিকসু নিল্লি নংগী কাদো,
হৌজিকসু তাবি নংগী খোঞ্জেলদো।

পারি চাউদবা নংদি নুংশিবা ইমাগী,
চংব্রেদো মপুগী নাক্তা,
খাওভুথক্তা মাওব্রেদো,
লৈখোক্তগী থংব্রেদো,
তাইবঙ শিষ্থা লোইদ্রিবৈদা,
মপুগী যৌদা পাওদ্রিবৈদা।

(৭)

য়াচঙ মতম য়ৌরকপদা,
খুমন পুংফম চংলকপদা,
নংগীদমক নচনতোম্বীনা,
নুংতিগী কংলি থাউমৈ মৈরা,
নুংতিগী লাংলি লৈবাং কয়া,
নংগী ফোটো মমাঙদা,
নংগী শক্তম য়েংলগা,
মিংলুদা পিবাং শিষ্থনা,
হীক হীক লাউনা কপচবি,
'দাদা' 'দাদা' কৌজরি।

(৮)

নুংতিগী খাক্লি নংগী চাকলেন,
নুংতিগী থল্লি নংগী লুকলেন,
লাক্কদবা মখনজে,
লাকপকৌবদি মরৈতরে,
হল্লকদরা মনিঙজে,
হল্লকপা কৌবা মরৈতরে,

থম্মোয অসি শোক্লা শোক্লা,
কপচবতা মঙাযবে,
থব্রায অসি চাক্লা চাক্লা,
তেংথাজবতা মওইবে।

(৯)

হে ! তাইবঙ মপুও শিদবা,
লাইবৈপাক্তা ঙাম্থোইবিবা,
খুকুমজবি মমা ঐনা,
নোল্লুকচবি পলেম ঐনা,
ব্রাজববী মমা ঐগী,
পাবি ইচা নুংশিবগী,
থব্রায় হামচৎনহনবীগনু,
মিবেল হামফোইনহনবীগনু,
থাজা মাদা পীবীযু,
থব্রাই মিচাক্তা শিন্নবীযু,
মালেম তাইবঙপানবা অসিদা,
পোকহনবীযু অমুক হন্না।



# (৩৬) "য়েকখরেদো ঐগী থম্মোয়দা"

যেকখবেদো ঐগী থম্মোয়দা,
শক্তমদো নংগী নুংশিবা,
অহানবা উন্নবা নুমিৎতুদা,
শঙখবেদো ঐগী থম্মোয়দা,
মচু কযানা নুংশিবা,
অহানবা থেংনবা নুমিৎতুদা।

(১)

লাৎচবি নংবু, থম্মোয়দা ঐগী,
থমজবি নংবু, লাইয়ুমদা ঐগী,
নুংশিবা শক্তমদো, পাম্মুবা নংগী,
তুমিন্না লোন্না কনাসু খঙদনা,
থম্মোযশোনবী ওইবনা,
ফোঙদোকচবদি ঙমদনা, নুংশিবা...... পাম্মুবা......।
যেকখবেদো ঐগী থম্মোযদা,
শক্তমদো নংগী নুংশিবা,
অহানবা উন্নবা নুমিৎতুদা,
শঙখবেদো ঐগী থম্মোয়দা,
মচু কযানা নুংশিবা,
অহানবা থেংনবা নুমিৎতুদা।

(২)

লেনজরি মিকুপ খুদিং ঐগী,
নিংশিঙলি পুংজা খুদিং ঐগী,
হিংজরি পুন্সি য়াববা ঐগী,
মঙলান্দা তাউদুনা নুংশিবা নংগী,
তুমিন্না লোন্না, কনাসু খঙদনা,
ইকাইথীবী ওইবনা,
ফোঙদোকচবদি ঙমদনা, নুংশিবা..... পাম্মুবা......।

যেকখবেদো ঐগী থম্মোয়দা,
শক্তমদো নংগী নুংশিবা,
অহানবা উন্নবা নুমিৎতুদা,
শঙখরেদো ঐগী থম্মোয়দা,
মচু কয়ানা নুংশিবা,
অহানবা থেংনবা নুমিৎতুদা।

(৩)

তোংমিন্নসি ঐখোয় অনি,
উশা অমত্তদা পমেলগী,
পাইমিন্নসি ঐখোয় অনি,
হাঙলবা অতিয়া মকোয়দা,
চাক্তাকশি ঐখোয় অনি,
য়াবল পাৎকী ঈয়াইদুদা,
নুংশি লৈহী থকমিন্নসি,
চিম্বাল চিম্বাল ইন্নসি।
য়কখবেদো ঐগী থম্মোয়দা,

শক্তমদো নংগী নুংশিবা,
অহানবা উন্নবা নুমিৎতুদা,
শঙখরেদো ঐগী থম্মোয়দা,
মচু কয়ানা নুংশিবা,
অহানবা থেংনবা নুমিৎতুদা।

হো ! নুংশিবা.......... পাম্মুবা.........।



## (৩৭) "মৌ অনৌবী"

নিংশিংলুবদা নুংশিবকই,
নংগী ঐগী পুন্সি ৱাবীদো,
নুংশি নুংওনগী ৱাবীদো।
নুংশি নুংশি হাযকুবদা,
পাম্মুই পাম্মুই শোল্লুবদা,
লৈবাংগুম উনাবক্তা লোৎপী,
থাজগুম লৈচিল্লক্তা লোৎপী,
শাইনোন্না খুমজিন্দুনা লোৎখিবদো,
ফজবী নুংশিবী মাযথোঙদো।
নিংশিংলুবদা নুংশিবকই,
নংগী ঐগী পুন্সি ৱাবীদো,
নুংশি নুংওনগী ৱাবীদো।
মাযথোঙ অদু হাযগৎলগা,
কেনা 'মুক্তা লেপ্লগা,
কাংলপ তৌবা চীন্বালদো,
ঙাংলপ তৌবা খজাইদো,
তুমতক তাবা নাতোন্দো,
পেন্না 'মুক্তা যেংজগে।
নিংশিংলুবদা নুংশিবকই,
নংগী ঐগী পুন্সি ৱাবীদো,
নুংশি নংওনগী ৱাবীদো।

মাযথোঙ মকা লাম্না,
ঙাংলবা চীম্বাল অদুনা,
নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবদুনা,
মিৎস্না থম্বাল উইশিল্লগা,
ঐগী 'নাক্তা লেপখি,
থম্মোয় পেন্না কোনজখি।

নিংশিংলুবদা নুংশিবকই,
নংগী ঐগী পুন্সি ৰাবীদো,
নুংশি নুংওনগী ৰাবীদো।

নাপা চিক্লা হাযখিবদো,
নুংশিবা চৎলসি ঙসিদগী,
নুংশি পম্ভুং যৌবসি,
পাম্মুই কাদা থুংজবগে,
মাঞ্জা কাদা যৌজবগে,
ইপাম লমদম থাদোক্লগে।

নিংশিংলুবদা নুংশিবকই,
নংগী ঐগী পুন্সি ৰাবীদো,
নুংশি নুংওনগী ৰাবীদো।

নংগী ৰাহৈ তাবগা,
নংগী খোঞ্জেল তাবগা,
থম্মোয অসি ফাঙমদনা,
মথুম মবাঙ হৌখিবা,
খুজেং পাল্লোইনবগা,
থুংখি মোংবা ঐগীদা,

নিংশিংলুবদা নুংশিবকই,
নংগী ঐগী পুন্সি ৱাবীদো,
নুংশি নুংওনগী ৱারীদো।

ঐবু পোকপা পম্লৌনা,
ঐবু পোকপী পলেম্না,
উবদা মমৌগী ফজবা,
য়েংজবগা থম্মোয় পেন্না,
হরাউ মথোই কাজখিবা,
নুংঙাই পনখৈ লৈখিদবা।

নিংশিংলুবদা নুংশিবকই,
নংগী ঐগী পুন্সি ৱাবীদো,
নুংশি নুংওনগী ৱাবীদো।



## (৩৮) "য়ো তাবী"

যো তাইযে নংসে,
যেংবই পেনবা নাইদে,
যো তাইযে নংসে,
যো তাইযে।

তনৌ তনৌবী,
তঙাং তঙাংবী,
তরু তরুবী ।
যো তাইযে নংসে,
যেংবই পেনবা নাইদে,
যো তাইযে নংসে,
যো তাইযে।

হাইনা হুম্না মাঙদা চৎলিবী,
খোঙথাং খুদিং জিং জিং লাউবী,
বিউটি কন্টেষ্টা চৎপা মানবী,
নিংদু অনিনা লেঙবদা,
থম্মোয থক থক নিকপা,
জিনগী খোংগাউ মওংতাবী,
তপ নপ্পা শেৎলিবী,
শমদোন কোনবা শন্নাংশিংনা,
লেংজুম মপাদা হাইথবগা,

জ্বাই জ্বাই লাউনা শান্নবদি,
থব্রায চেক্কা পাইখিদৌবি।

তনৌ তনৌবী,
তঙাং তঙাংবী,
তরু তরুবী।
যো তাইযে নংসে,
যেংবই পেনবা নাইদে,
যো তাইয়ে নংসে,
যো তাইযে।

ঙাইখো হো অমুক্তদি ঙাইখোহো,
লেপখোহো অমুক্তদি লেপখোহো,
হন্না মুক্তা য়েংলকখো,
মাযথোঙ অদু ফজববা,
মিৎস্না অদু কোযবাওনব্রা,
চিন্বাল অদু তঙাংববা,
মুক্তা থোনবা লিক্লাগুম,
থবাক ফন্না ফজববা,
স্বর্গী এনজেল মানববা,
শম্ব থুংবা খজাইদো,
বাশি লৈবা মাযথোঙদো,
অমুক্তদি যেংজহৌগে।
তনৌ তনৌবী,

তঙাং তঙাংবী,
তরু তরুবী।
য়ো তাইযে নংসে,
যেংবই পেনবা নাইদে,
যো তাইযে নংসে,
যো তাইযে।
হুৎ লাউনা লৈথোবকখি,
খুৎনা খ্বাংদা মেৎলগা,
মুন্না অমুক্তা যেংলকপদা,
ইলেক্ট্রোন বীম কাপশিল্লকখি,
উইস, উইস, উইস, ...
থম্মোয ঐগী ফুকতোকখি,
খাংদা থাঙ্গৎতুনা ঙৌখি,
থম্মোয ঐগী চোংখি,
জৌ জৌ লাউনা ঙৌখি।
তনৌ তনৌবী,
তঙাং তঙাংবী,
তরু তরুবী।
যো তাইযে নংসে,
যেংবই পেনবা নাইদে,
য়ো তাইযে নংসে,
যো তাইযে।



## (৩৯) "চিল্লম্বা খুজি কোম্লক্লে"

চিল্লম্বা খুজি কোম্লক্লে,
নিংথম তুবেলগুম যাংগংলবদা,
কেবম্বা শম্লাংশিং ফাবক্লে,
চেঙহী শম্বাল লাংদ্রবদা,
ঙাংলম্বা কুচু তাইবক্লে,
মচুগুম লৈবাং অঙৌবা,
নুংশিবা নংগী ব্রাখলদা,
পাম্মুবা নংগী মঙলান্দা।
চিলম্বা খুজি কোম্লকলে,
নিংথম তুবেগুম যাংগংলবদা।

খোম্লেন তুমখুন মাঙখবে,
অহিং কযা তুমখিদবে,
পম্থৌ শুমাংদা থোক্কুনা,
নোংমদোন থক্তা থোক্লিবা,
ইতা থাজবু যেংলুবি,
অহিংদা খোংবী চেল্লাগী,
খোঞ্জেল তাবগা নুংশিবী,
চাক্লক্লে থম্মোয অসি,
মৈবি থোক্লা খাম্বীগী,
নুংশিবা নংগী ব্রাখলদা,

পাম্মুবা নংগী মগুলান্দা।

চিলম্বা খুজি কোম্লকলে,
নিংথম তুবেগুম য়াংগংলবদা।

মালং পাউজেল লাক্লেদো,
সিঙ্গাবে কৌবী লৈবাংগী ,
লৈনমদু পুবদুনা হুম্লক্লেদো,
থম্মোয় লকাদা যৈববেদো,
নুংশি মৈচাক্লব্র হংলবেদো,।
চোংলবা পিবাংতনা যোম্লবা,
মিংম্না থম্বাল অনিনা,
নিংথৌ তুবেলবু যেংলুবি,
চযোল তবেংপু খোযদাকবি,
নুংশিবা নংবু নিংশিংলি,
পাম্মুবা নংবু ঙাইঙমদবি।

চিলম্বা খুজি কোম্লকলে,
নিংথম তুবেগুম যাংগংলবদা।

শজিক খোঙদোই হুল্লকলে,
থবা তোম্বী লোংখবে,
ক্কাক্তাই নুংশিং নামিবা,
হাইনা হুম্লা শিংলক্লে,
মরিংগী যেনবা লাবনা,

নোংঙাল্লে নোংঙাল্লে হায়দুনা,
কেনা হৌনা খোংলক্লে,
ইনুং মানা ঙাল্লগা,
সোবা মানা তৈরগা,
নুংশিবা নংবু লাক্কনি,
থম্মোয় মৈচাক মুৎকনি,
খন্না খন্না ঙাইজবি।
চিলম্বা খুজি কোম্লকলে,
নিংথম তুবেগুম যাংগংলবদা।



# (৪০) "পুন্সিগী লোয়নবী"

ব্রাববা থম্মোযগী মপুনি,
শোক্লবা থব্রাযগী মকপনি,
লম্বীসে শাংলবা পুন্সিগী,
লোযনবী নংবু নুংশিবী
নংগা ঐগা চান্নবী,
খুজেং পালোইনদুনা চৎমিন্নসি।

নৌববা লৈখোক্লি লৈবাংগী,
শোল্লবা উশানি পমেলগী,
খাংউথক্তা কেনখিগদবা শীঙেলনা,
মালংবাই শহুম ফংবদা,
খঙহৌদনা তেকখিগদ্র উশানা,
নোংলৈ নুংশিৎনা শিৎলকপদা,
কাযনা মৈশা লাংগদ্র,
পাখৎচৈ খনবদা ইতোমতা।

ব্রাববা থম্মোযগী মপুনি,
শোক্লবা থব্রায়গী মকপনি।

লামিন্নসি তুবেল কযা,
অকনবা ঈবৈনা থল্লবা,
হোনমিন্নসি হিনাউ পুন্সিগী,

পাক্লবা ঈপাক্তা সমুদ্রগী,
কামিন্নসি চীঙজাও ব্রাংলবা,
খুদোং থীবনা থল্লবা,
লোয়নবী নংবু নুংশিবী,
নংগা ঐগা চান্নবী,
খুজেং পালোইনদুনা চৎমিন্নসি।
ব্রাবব়া থম্মোয়গী মপুনি,
শোক্লবা থব্রায়গী মকপনি।

তাম্হোকপীববসু লৈকাইনা,
ইম্হোকপীববসু সমাজনা,
ঐনা নংবু নুংশিরুবগী,
ওইরুবগী পুন্সিগী লোযনবী,
থাদোক্লোই ঐনা নংবুদি,
তাল্লবা লমদমদা লৈবা,
তাইবঙ মীনোক চংদ্রবা,
চৎলসি খুজেং পালোইননা,
পাল্লুবসি নুংশি খুঙ্গংদুদা.
লৈরুবসি পুন্সি তোল্লোইনা।
ব্রাববা থম্মোযগী মপুনি,
শোক্লবা থব্রাযগী মকপনি।



# (৪১) "স্বর্গগী লাইব্রেরী"

(১)

ছেন্দ্রা চীঙগী চীঙথক্তা,
পামেল অমগী মখোঙদা,
ৱাখল তৌবি ইতোমতা,
তাইবঙ কনা উদ্রবা,
থাবল ফববা অহিংদুদা।
নিংশিংলি পুন্সি ৱাবি নংগা ঐগগী,
নিংশিংলি নুংশি ৱাবি নংগা ঐগগী,
ছেন্দ্রা চীঙগী চীঙথক্তা,
পামেল অমগী মখোঙদা।

(২)

অমুকসু কপ্লি,
অমুকসু নোক্লি,
ইতোমতা অঙাওবগুম,
নংগী নুংশি চেক্লৌদো,
নংগী মোমোন মিনোক্তো,
নংগী নুংশি য়াৱাদো,
পাম্মুবা হায়না হাযবদো।
নিংশিংলি পুন্সি ৱাবী নংগা ঐগগী,
নিংশিংলি নুংশিং ৱাবী নংগা ঐগগী,
ছেন্দ্রা চীঙগী চীঙথক্তা,
পামেল অমগী মখোঙদা।

(৩)

অমুকসু কপ্লি,
অমুকসু নোক্লি,
ইতো'মতা অঙাওবগুম,
কাযনা মৈশা লাংলবদা,
খাঙডুথক্তা কেনখ্রবা,
অবোই যাহীপ তানখ্রবা,
শানৌ নংগী ব্রাখলদা।
নিংশিংলি পুন্সি ব্রাবী নংগা ঐগগী,
নিংশিংলি নুংশি ব্রাবী নংগা ঐগগী,
ছেন্দ্রা চীঙগী চীঙথক্তা,
পামেল অমগী মখোঙদা।

(৪)

ও......... হো......... হো.........
ও......... হো......... হো.........
হৈ হাযযু হৈযা হে,
হৈ হাযযু হৈযা হে...........।

খোঞ্জেল অমা তাবকখি,
লাইযামশিংগী ঈশৈনি,
পাইথবকখি লৈচীল মপৈমা,
তাবকখি ছেন্দ্রা চীঙদোন লৈকোলদা,
ওনখি মফোন্দু লৈচীলগী ,

লাইবেন্নী তবেং স্বগগী,
মমি- শামি উবকখি।
জগোয শাবা শাবদুনা,
ঈশৈ শক্লা শক্লদুনা,
লৈকোল অদূদা শান্নবি,
লাইবেন্নীশিংদো নিংথীববী,
অসুম অসুম লাকখি,
ঐগী নাক্তা যৌবকখি,
মকোক চিংবী লাইবেন্নীদো,
অঙৌবা ফিজোল থোল্লিদো,
শনবিক পবেং শিবিদো,
সনাগী লুহুপ উপলিদো।

(৫)

ওইবমলে মহাক্তি ঐগী চান্নবী,
ওইবমলে লাইবন্নীদো ঐগী নুংশিবী,
হাযবক্লে নুংশি ব্রাহে কয়া,
মোমোন মোমোন নোক্লদুনা,
''লাকওনে নংবু নুংশিবা,
শামিন্নসি জগোয ঐগা,
মালংগী তান্থাগা লোযননা,
লাকওনে নংবু পাম্মুবা,
শকমিন্নসি ঈশৈ ঐগা,
লোক্তাক্কী ঈব্রাইগা লোযননা।

(৬)

হৌগৎলকখি পামেলগী মখোঙদগী ঐনা,
হৌবকখি নুংশি ঈচেল নৌহৌননা,
তান্নজকুই নুংশিবী মাবু খোঙলৈ থুনা,
ওনখি লাইবেম্বীশিংদো লৈচীল মপৈ খঙহৌদনা,
পাইখৎখি স্বগগী নিংথীরবা লৈকোল তম্না,
লৈহৌই ছেন্দ্রা চীঙদোলদা নিংবা কায়না ইতোমতা।



## (৪২) "কায়হনবীগনু অপুনবা শক্তম মনিপুরগী"

হে ! খুকমজবি ইমা লৈমবেল শিদবী,
হিং নিং শিদা শাইওন ওইবিবী ।

নুংতিগী ইমাবু নিংজবি,
হৈবাং পুঙ্গোই থেনজবি,
লৈবাং লৈবোং লাংজবি,
খোইরু থাউমৈ থানজবি,
পেনবীহৈবা ইমা নংবু,
চানবীহৈবা পলেম নংবু ।
হে ! খুকমজবি ইমা লৈমবেল শিদবী,
হিং নিং শিদা শাইওন ওইবিবী ।
নুংতিগী খুকমজরি,
মিৎলু মবিদা,
পিবাং শিন্থদুনা,
থম্মোয লকাদা,
ইমাবু চিংশিদুনা,
কপচবিযে থম্মোয শোকনা ।
হে ! খুকমজবি ইমা লৈমবেল শিদবী,
হিং নিং শিদা শাইওন ওইবিবী ।
মনিপুব সনা ইমা লৈবাকসে,
চীঙনা কোযনা পনশাবা লমসে,
চীঙমী তম্মীনা খুন্দাবা লমসে;
নুংশি চান্ননা হবাউ নোকমিন্নদুনা,
মচিন মনাওশিং যেলহৌঙেদগী লৈবকপা,

লৈবিবসে খাইবুং খাইবুং তাবদুনা,
ঙাকপীযু ইমা মনিপুবগী অপুনবা শক্তম,
থুগাইবীগনু নুঙ্গাযগুম মচেৎ মচেৎ,
শেগাযবীগনু চেৎজেৎকুম মচেৎ মচেৎ ।
হে ! খুকমজবি ইমা লৈমবেল শিদবী,
হিং নিং শিদা শাইওন ওইবিবী ।
কাযখ্রবদা অপুনবা শক্তম্মা মনিপুবগী,
কপ্লক্কনি চীঙশাং কযানা ইমাগী,
লেপখিগনি ঈচেল কযা তুবেলশিংগী,
তাববোই খোঞ্জেল কযা চেক্লাশিংগী,
শাংলবোই লৈবাং কযা চীঙতমগী,
খুইখিনি শিবোই লিলি চীঙগী,
মুৎখিনি কোন্বীবৈ লৈবি তমগী,
চাক্লনি কাযনা মৈচাক্লা মৈবি থোক্লা,
লাংলনি খাইনা মৈশানা মনিপুব ইমানা ।
তেক্তবা কাযদবা,
পুন্সিবা নুংশাংবা,
নুংশিবা চান্নবা,
মনিপুবগী অপুনবা,
শক্তম অদুবু,
ইমা পীনবীযু ।
হে ! খুকমজবি ইমা লৈমবেল শিদবী,
হিং নিং শিদা শাইওন ওইবিবী ।



# (৪৩) "খোম্লাং লমন শিংঙমলোই"

খোম্লাং নামগী লমনফাওবা,
শিংবা ঙম্লোইনে নুংশিবী ইমা,
পোক্লবসু মপোক তবেৎলক্তা,
হোৎনদুনসু মপোক তবেৎলক্তা,
ইমাগী লমন শিংঙমলোই,
পলেমগী লমন শিংঙমলোই ।
থাবুম তাবা নাওপুদুনা,
অযো নাহে তম্লদুনা,
পোকপীবকপনি নমোমবু,
ফাওহনবীবকপনি মালেমদবু ।
খোম্লাং নামগী লমনফাওবা,
শিংবা ঙম্লোইনে নুংশিবী ইমা ।
হৈনা হৈনা তম্বীখিবা,
ইপা ইমা তাকপীখিবা,
খোম্লাং খোমইন তম্বীখিবা,
তাইবঙ চীঙ্গাক পীজখিবা ।
খোম্লাং নামগী লমনফাওবা,
শিংবা ঙম্লোইনে নুংশিবী ইমা ।
পাৎতা কুমদুনা লোংখোনবী,
চীঙদা কাদুনা শীঙজনবী,
কেংঙোই হেকপী ইমাও,
যেলহাং থীবী পলেম ও ।
খোম্লাং নামগী লমনফাওবা,
শিংবা ঙম্লোইনে নুংশিবী ইমা ।
ফিজেৎ ফিগাই লৈতেংদুনা,
তাবা নামতা চাবগা,

যোকপীবকপী চাউনবা নচাবু,
চুবীবকপী লৌশিং মৈবাবু ।
খোল্লাং নামগী লমনফাওবা,
শিংবা ঙল্লোইনে নুংশিবী ইমা ।
নোক্লা নোক্লা লেনখিবী,
অব্রা কয়া মাযযোক্লখিবী,
যেক্লা তিংখং থেংনখিবী,
পাম্বোম তিংনা লেপখিবী ।
খোল্লাং নামগী লমনফাওবা,
শিংবা ঙল্লোইনে নুংশিবী ইমা ।
নচাবু চাউনবা যোকপদা,
অহিং মিশেন খাঙদুনা,
লশিং কাপোন কাপতুনা,
কপত্রেং নাইবিবী ইমা ও,
মহুম পোম্দ্রেন পাযদুনা,
লংলা কযা নাইদুনা,
ফিজেৎ কযা শাবগা,
সনা কৈথেল কাবিবী ।
খোল্লাং নামগী লমনফাওবা,
শিংবা ঙল্লোইনে নুংশিবী ইমা ।
নমোম শবেপ ফাবক্লে,
লৌশিং মৈবা ফংজবে,
তৈথোক্লো চোৎলবা পিবাংশিংদো,
মোমোন মীনোক নোকপীবো,
ব্রাৎতা হৈশিলবী ইমাগী,
ইমোইনু অহোং অচাউবীগী,
থৌজাল ঈবিক খিকপীবনি,
মনি পবেং চাইথবনি ।

খোম্লাং নামগী লমনফাওবা,
শিংবা ঙমলোইনে নুংশিবী ইমা,
পোক্লবসু মপোক তবেংলক্তা,
হোৎনদুনা লাংওন তবেংলক্তা,
ইমাগী লমন শিংঙমলোই,
পলেমগী লমন শিংঙমলোই ।



# (৪৪) "জোয় তৌরসি পৃথীবীবু"

হৌগৎলো হৌজিকসু হৌগৎলো,
পুন্সিনলো হৌজিকসু পুন্সিনলো,
চীঙমী তম্মী অমত্তা ওইনা,
নচিন ননাও অমত্তা ওইনা,
মাযথীবা পীবশি যেক্লববু,
জোয তৌবসি পৃথীবীবু ।
ওইবন্বা নত্রা ঐখোযগী ঙমখৈ,
অব্রাংলোমদা থীবোম্মৈফাওবা,
যৌবন্বা নত্রা ঐখোযগী ঙমখৈ,
খাবোমদা নিংথী তুবেলফাওবা,
ওইবন্বা নত্রা কবো তম্পাক,
মনিপুব ইমা সনা লৈবাক,
ওইবন্বা নত্রা ববাক তুবেল,
কছাব লৈবাক্কী তুই ঈবেল,
সনা লৈবাক মনিপুবগী পনখৈ,
কবিগী পীকশিনহনগনি ঐখোযগী ঙমখৈ,
কবিগী থুগাইগনি ঐখোযগী পনখৈ,
থুগাইবগী মহুৎতা শন্দোকশি ঙমখৈ,
ফংননবা ঈপা ঈপুনা থন্বীবন্বা লমখৈ ।
মাযথীবা পীশি যেক্লববু,
জোয তৌবসি পৃথীবীবু ।।
যেলহৌঙৈগী ব্রাবী নিংশিংদ্রবা,
মৈহৌবোলগী পুব্রাবী কাউবব্র,
কৌব্রু সনচীঙ চীংদোলদা,
শিমবি উমবি লৈকোন্দা,
লাইনিংথৌ লাইবেম্বী ঙান্থোইবা লমদা,

খুন্দাখি ঐখোয তাংবঙসে,
চীঙদা ঙাক্তা লৈবম্মী,
চীঙমী ঙাক্তা ওইবম্মী,
চীঙমী তম্মী অনিমকসে,
ঈশিংতনা থুন্নম্বা তম্পাক্লা,
লাইজ ঈকংলক্লবদা,
কুমথখি তমদা কাংবু খবনা,
খুন্দা লৈতানবা তম্পাক্তা,
লৈহৌই চীঙদা কাংবু খবনা,
খুন্দা লৈতাদুনা চীঙদা।

মনিপুব সনা লৈবাকসে,
ঐখোয চীঙমী তম্মীগী,
টিকেন্দ্রজিৎ, ইবাবোত, পোকপীনি,
হাইপু জাদোংনাং পোকপীনি,
মালেমবু মাযথীবা পীবা ঙমবীনি,
দিংকু, কুঞ্জবানি মেবিকোম পোকপীনি,
থৌনা লিংজেল লৈবা ঐখোযনি,
জগোযদা ঈশৈদা ব্রাৎতা পাদবনি,
ফিজেৎতা চাকচাদা ইতোপ তোপ্পনি.
চীঙমী তম্মীশা নুংশিথোইববা,
অহকপা নত্তিকপু হাপকৎলু,
অহেনবা নযাইবু চেলহল্লু।

হৌগৎলো হৌজিকসু হৌগৎলো,
পুন্সিনলো হৌজিকসু পুন্সিনলো,
চীঙমী তম্মী অমত্তা ওইনা,
নচিন ননাও অমত্তা ওইনা,
মাযথীবা পীবশি যেক্লববু,
জোয তৌবসি পৃথীবীবু।

মচিন মনাও খংনবগী মহুৎতা,
অমগা অমগা যেংথিনবগী মহুৎতা,
পুন্সিন্দুনা হান্নগুম অমত্তা ওইনা,
শাগৎলসি শক্তি অকনবা,
শেমগৎলসি লৈবাক অপুনবা,
পাঙ্গলবা মনিপুব হেন্না চাউবা,
ওইহল্লসি লৈবাক চাউখৎপন থল্লবা,
শান্তিগী লম্বীদা চংশিন্দুনা,
ঐখোয়গী জগোয মযামশিংনা,
থোংলবা নৌববা খুৎথেকশিংনা,
শুমহৎলসি মালেম পুম্বা,
ঐখোযগী পুঙশেল মোইবুংনা,
চীঙমী তম্মীগী পুঙজাউ থীন্দুনা,
নিলহল্লসি মালেম পুম্বা ।

হৌগৎলো হৌজিকসু হৌগৎলো,
পুন্সিনলো হৌজিকসু পুন্সিনলো,
চীঙমী তম্মী অমত্তা ওইনা,
নচিন ননাও অমত্তা ওইনা,
মাযথীবা পীবশি যেক্লববু,
জোয তৌবসি পৃথীবীবু ।



# (৪৫) "নুংশিবী ইমা মনিপুর"

ফজদবা যেংউ ইমাগী মাযথোঙসে,
নুংশিদবা যেংউ পলেমগী চেক্লৌসে,
থৌজালগী মীনোক নোক্লিবসে,
নুংশি মিৎযেং যেংলিবসে,
নুংশিবী ইমা মনিপুরসে ।
অমুক্তা থোল্লী সনা ফিগে,
হোংলি অমুক তাংখুল ফনেক,
শেংলি অমুক কবুই ফিগে,
থোল্লী অমুক থাদৌ ফনেক,
হোংলদুনা মখল মখলগী ফিগে,
মবিংগী, মাবগী, মাওগী, মবামগী,
অনালগী, পাইতেগী থাঙ্গালগী পুকমগী,
মোনশাংগী, মোযোনগী, চিরুগী, কোমগী
আইমোলগী, অঙগামীগী, চোথেগী, গাংতেগী,
কৈবাওগী, কোইবেংগী, লমকাংগী, লুসাইগী,
সেমাগী, সিমতেগী, সাহনতেগী, ৱাইফেগী,
জৌগী, বালতেগী, মিজোগী ।
ফজদবা যেংউ ইমাগী মাযথোঙসে,
নুংশিদবা য়েংউ পলেমগী চেক্লৌসে,
থৌজালগী মীনোক নোক্লিবসে,
নুংশি মিৎযেং যেংলিবসে,
নুংশিবী ইমা মনিপুবসে ।
ইবৈমা ইমা ইবেম্মনা,
মাও ইমাগী শক্তম লৌবদুনা,
লমকুই কদম চীঙদগী,
কুমথবক্লি ইবিল তুবেল ওইনা,

ইনবিবি খোল্লাং ইমানা,
নুংশিববা মচা মশুশিংবু ।
    ফজদবা যেংউ ইমাগী মাযথোঙসে,
    নুংশিদবা যেংউ পলেমগী চেক্লৌসে,
    থৌজালগী মীনোক নোক্লিবসে,
    নুংশি মিৎযেং যেংলিবসে,
    নুংশিবী ইমা মনিপুবসে ।
ইবৈমা পলেম ইবেম্মনা,
তাম্বুল ইমাগী শক্তম লৌবদুনা,
হুইমি চীঙজাও শেলোইদগী,
কুমথবক্লি থৌবাল তুবেল ওইনা,
পীথক্লি খোল্লাং ইমানা,
নুংশিববা মচা মশুশিংবু ।
    ফজদবা যেংউ ইমাগী মাযথোঙসে,
    নুংশিদবা যেংউ পলেমগী চেক্লৌসে,
    থৌজালগী মীনোক নোক্লিবসে,
    নুংশি মিৎযেং যেংলিবসে,
    নুংশিবী ইমা মনিপুবসে ।
ইবৈমা ইমা ইবেম্মনা,
কুকি পলেমগী শক্তম লৌবদুনা,
বোলেন পাৎকী পাৎযাইদগী,
কুমথবক্লি ইম্ফাল তুবেল ওইনা,
ইনবিবি খোল্লাং পলেমনা,
নুংশিববা মচা মশুশিংবু ।
    ফজদবা যেংউ ইমাগী মাযথোঙসে,
    নুংশিদবা যেংউ পলেমগী চেক্লৌসে,
    থৌজালগী মীনোক নোক্লিবসে,
    নুংশি মিৎযেং যেংলিবসে,
    নুংশিবী ইমা মনিপুবসে ।

বসন্তগী মতম্না চংলকপদা,
শেলোই নাপোমদ চৎপদা ইমানা,
হংগাম মপানগী ফনেক শেৎলি,
শাবি জগোয লোইবী চীঙদোলদা,
শংবানবা ফনেক শেৎলদুনা,
শান্নবি লোক্তাক পাৎতা হিহোন্দুনা,
লৈতেংলি লফুলৈযোন মচুগী ফনেক্লা,
চংলি কংলাদা ইবুধৌ পাখঙবা উন্নবা,
লৈতেংলদুনা অঙাংবা মচুগী ফনেক্লা,
চৎলি পাম্বা কৈবেল তোংলাদুনা,
তম্ফা লাইবেম্বী ইমা ওল্লদুনা,
শেৎলদুনা অমুবা মচুগী ফিগে,
লাউবি খোল্লাও লালঙম খোঞ্জেলনা ।
ইল্লি অঙৌবা মচুগী ইন্নফি,
শেৎলি ফনেক উবৈবোম মচুগী,
খমননুঙ কৈকোই লৌওনবী ওইবি,
থব্রায কযা লমজিংবীবি,
খমনুঙ শর্বা তাল্লবা,
অমং যাইখোম কুল্লবা,
তিন্ননবা থব্রায মানা,
শিদবা মপুগী নাক্তা,
পোকপদগী শিবা ফাওবা,
যোকপীবি, শেন্নবীবি, লমজিংবীবি,
চীঙমী তম্মী ঐখোয পুম্নমকপু,
অচান মীবায নাইদনা পলেম্নবু ।
ফজদবা যেংউ ইমাগী মাযথোঙসে,
নুংশিদবা যেংউ পলেমগী চেক্লৌসে,
থৌজালগী মীনোক নোক্লিবসে,
নুংশি মিৎযেং যেংলিবসে,
নুংশিবী ইমা মনিপুবসে ।



# (৪৬) "পুন্সিগী অরান খুভম"

(১)

কবিশু হাযবা ঙল্লমদে,
কবিশু হংবা ঙল্লমদে,
নুংশিবী মাবু উবদা,
পাম্মুবী মাবু উবদা,
ঐ লেপতুনা মাবু যেংদুনা লৈবম্মী,
যেংদুনতা লৈবম্মী যেংদুনতা লৈবম্মী,
থোক্লমদে ৱাঙাংবদি, থোক্লমদে খোঞ্জেলদি ।

(২)

কবিগী থাপ্লা চৎলমলিবনো !
কবগী লাপ্লা লৈবমলিবনো !
তাল্লবা লমদম উমংশিদা,
তাইবঙ কনা লৈত্রবা ।
ঐ লেপতুনা মাবু যেংদুনা লৈবম্মী,
যেংদুনতা লৈবম্মী যেংদুনতা লৈবম্মী,
থোক্লমদে ৱাঙাংবদি, থোক্লমদে খোঞ্জেলদি ।

(৩)

খাংপোকশংগী মমাঙদুদা,
পালেম অচৌবগী মখোঙদা,
মিৎম্লা চেজেৎ উইশিল্লগা,
ফিজেৎ তংখাই শেৎলদুনা,
লুতুং শম্বুল তোন্দা হাইগৎতুনা,
অঙাংবা কুচু তাইফেৎ তাইনা,
লৈতেং যাউদ্রবা শাবান্দুদি,
হেন্নদুম ফজববী হান্নদগী,
নুংশিবী চান্নবী মানা,

হৈ হৈয়া মিঙ্খে শোল্লদুনা,
লাইনিং পবৈ চেৎনা,
লৈবম্মী মহাক্তি ফল্লদুনা ।
ঐ লেপতুনা মাবু যেংদুনা লৈবম্মী,
যেংদুনতা লৈবম্মী, য়েংদুনতা লৈরম্মী,
থোক্লমদে ব্রাঙাংবদি, থোক্লমদে খোঞ্জেলদি ।
মিৎস্না অনিদু পাঙথোক্লককই,
ঐবু মুন্না যেংলকই,
চিম্বাল অদু কাঙলকই,
শোল্লবা খোঞ্জেলনা হাযবকই,
"অপাম নুংশি কাউথোক্লসি,
যুম্বাল লম্বী থাদোক্লসি
ওইজবতনা থল্লবা সমাজনি,
কল্লকপনা থাল্লবা খুনাইনি,
শিদবা মাবু নিংজবগা,
শিদবী মাবু পুনেমজবগা
অবান খুভম ফংজবনা,
ওইজগে নুজাগী পান্দম,
শাৎচগে স্বৰ্গগী লৈকোলদা,
যেনজগে লৈনম নুংশিবা,
পীনবীযু অসিমত্তদি নংনা,
নিজবি তোল্লবী ঐনা ।
ঐ লেপতুনা মাবু যেংদুনা লৈবম্মী,
যেংদুনতা লৈবম্মী, যেংদুনতা লৈবম্মী,
থোক্লমদে ব্রাঙাংবদি, থোক্লমদে খোঞ্জেলদি ।
"ল্যাকওনে চান্নবী,
চৎলসিনে নুংশিবী,
মিৎস্না থম্বাল অনিদুদা,

শিন্থুরিবা পিরাংশিংদো,
নিংবা কাযববা পুন্সিগী,
তৈথোক্লোনে নুংওনবী,
মপুগী মিংথৈ শোল্লদুনা,
হৈ হৈয়া শক্লদুনা,
তাইবঙ ঈপাক্তা চোংথদুনা,
পুন্সি শিন্থা পাঙবনা,
মপু মানা চানবীগনি,
অবান খুভম ফংগনি ।”
ঐ লেপতুনা মাবু যেংদুনা লৈবম্মী,
যেংদুনতা লৈবম্মী, যেংদুনতা লৈবম্মী,
থোক্লমদে ৱাঙাংবদি, থোক্লমদে খোঞ্জেলদি ।



## (৪৭) 'থাজনা ইকাইদুনা লোৎখ্রে"

(১)

অতিয়াদা থোক্লিবা থাজনা,
লোৎখবে ইকাইদুনা,
অপাইবা লৈচীল মকমদা,
নংগা ঐগা উবদা

(২)

নুংশি নুংশি চান্ননা,
থম্মোয থম্মোয তিন্ননা,
ফমিন্নবা উবদা,
লোক্তাক পাৎকী মপান্দা।

অতিযাদা থোক্লিবা থাজনা,
লোৎখবে ইকাইদুনা,
অপাইবা লৈচীল মকমদা,
নংগা ঐগা উবদা।

(৩)

মাযথোঙ মাযথোঙ ওনশিন্না,
মিৎকা মিৎকা চাননা,
মুনা মুনা যেংনবদা
লোৎখিবদো নংগী মায়থোঙনা।

অতিযাদা থোক্লিবা থাজনা,
লোৎখবে ইকাইদুনা,
অপাইবা লৈচীল মকমদা,
নংগা ঐগা উবদা।

(৪)

ঐবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা,
মাযথোঙনা নোইব নোইবদুনা,

চীম্বালনা তক্লা তক্লদুনা,
শান্নখিবদো ঐগী থবাক্তা ।
অতিযাদা থোক্লিবা থাজনা,
লোৎখবে ইকাইদুনা,
অপাইবা লৈচীল মকুমদা,
নংগা ঐগা উবদা ।
মাযথোঙ অদু হাইগৎতুনা,
কোযবাওনবী মিৎস্নানা যেংলগা,
হাযখিবদো চীম্বালদুনা তঙাংলবা,
নুংশি নুংশি হাযনা ।

অতিযাদা থোক্লিবা থাজনা,
লোৎখবে ইকাইদুনা,
অপাইবা লৈচীল মকুমদা,
নংগা ঐগা উবদা ।

(৫)

হংখিবদো ব্রাহং কযা,
লীখিবদো ব্রাবী কযা,
নুংশি নুংওনগী ইবান্নিগী,
থম্মোয অমত্তা ওইখিবগী ।
অতিযাদা থোক্লিবা থাজবনা,
লোৎখবে ইকাইদুনা,
অপাইবা লৈচীল মকুমদা,
নংগা ঐগা উবদা ।



# (৪৮) 'নুমিদাংবাইরমগী লৈরাংশিং"

(১)

অচিকপা কাদনি,
ফম্লি ইতোমতা,
খল্লি ব্রাখল,
পুন্সিগী হৌখ্রবা।

(২)

ওইবিঙৈ অঙাং,
ওইবিঙৈ নাব্রা,
শান্নবম্মী চেনচোংদুনা,
শানবম্মী নোকখেদুনা,
খল্লুদে ব্রাখল,
নিংলুদে পুক্রিংনা,
ঙবাঙনা কবি,
হয়েংনা কবি,
হৌজিক্লা নুংঙাইবি।

(৩)

মথোক কাবক্লে,
ময়োল চোঙলক্লে,
ইন্দ্রি খুদিংমক,
মনুং মপান,
অপাম নুংশি
থম্মোযদা ফাওবক্লে,
অপাম্বা লৈবাং,
খনবা হৌবক্লে,
অপাম্বা খোইমু

থীবা হৌবক্লে ।

থাবল চোবগী,
নোংমাইজিং কাবগী,
কৌব্রু খুকুম্বগী,
চাকচা হৈজানবগী,
লমচাক চাবগী,
পামজবগা লোযননা,
পামজবীগা লোয়ননা,
হৈনবী ওইবক্লে,
মযাই কাবক্লে ।

(৪)

অপাম্বা লৈবাংবু
হেক্তুনা চিল্লে,
অপাম্বা খোইমুবু,
খোইদাবা ফংজবে,
পা পী ওইজবে,
চাদা নাউদাবে,
নুংঙাইবা পুঙজা,
অৱাবা মিকুপ,
খুদিং খুদিং,
খঙহৌদে হৌখিবা ।

(৫)

অহল ওইবক্কে,
মুবম্বা শম্লাং,
অঙৌবা ওল্লকলে,
নাপা চাইকং
ইচপ চপলক্কে,
তিংলম্বা উনশা,
ইখুই খুইবক্কে,
পুন্সি' নুমিদাংৱাই,
খঙহৌদনা থুংলবে,
মাঙগী লম্বীদি,
ইতেল তেল্লমলে,
তুংগী লম্বীদি
ইশাং শাংহৌবে ।

(৬)

ঙমহৌদ্রে ইমা,
থিদুনা হেকপা,
চীঙদা শাৎপী,
লৈবাংশিং নিংথীবী,
ফংহৌদ্রে ইমা
থীদুনা হেকপা
তমদা শাৎপী,
শীঙেলশিং ফজবী,
চাক্লি থম্মোযদা,
নিঙঙমদবগী মৈবিনা,
অদুবু ইমা,
ওইজববসু অহল,
অনকপদা শাৎপা,

খুৎনা লাম্বদা,
লায়না ফংলবা,
মনিপুব ইমাগী,
লৈনম চেনবা,
লৈরাং খবদং,
হেকরগা কচ্চবি,
লৌবিয়ু ইমা,
চিংনবা লৈতনা,
চিনবীয়ু পলেম,
লৎনবা লৈতনা,
কচ্চরিবা লৈরাংশিংসে ।



## (৪৯) 'ময়াই কারে"

(১)

ময়াই কাবে, ময়াই কাবে, ময়াই কাবে,
ঙাওবে ঐদি, ঙাওবে ঐদি,
ঙাওবে ঐদি, ঙাওবে....হে,
যেংলুবদা শক্তম ফজবী নংগী,
উকবদা মীনোক নুংশিবী নংগী।

(২)

শম্বুদুদি তোমথিন ঙাল্লিবী,
'থক্কী চিম্বাল ময়াদা,
শান্ননিংই নান্দুনা খুৎশাশিংনা,
থেংনিংই ঐগী চীম্বালসিনা,
মাযথোঙদো ফজবী নংগী,
যেংবগী পেনবা নাইদেহাই।

ময়াই কাবে, ময়াই কাবে, ময়াই কাবে,
ঙাওবে ঐদি, ঙাওবে ঐদি, ঙাওবে ঐদি.
ঙাওবে .. হে।
যেংলুবদা শক্তম ফজবী নংগী.
উকবদা মীনোক নুংশিবী নংগী,
তাকবদা খোঙেল থুম্লবী নংগী।

(৩)

নোক্রকপা মিনোক খুদিংগী,
কুৎতক তৌবিবা খজাইদুদি,
থম্মোয অসি কাযদৌই,
বাশিনা মতুম খাল্লিহাই,
মাযথোঙদো ফজবী নংগী,
যেংবগী পেনবা নাইদেহাই।

ময়াই কাবে, ময়াই কাবে, ময়াই কাবে,
ঙাওবে এদি, ঙাওবে ঐদি, ঙাওবে ঐদি,
ঙাওবে....হে,
য়েংলুবদা শক্তম ফজবী নংগী,
উকুবদা মীনোক নুংশিবী নংগী,
তাকুবদা খোঞ্জেল থুন্নবী নংগী ।
হন্না হন্না কৌবকপদি,
নুংশিবা নংবু লাকওনে হাযদুনা,
মিববা খোঞ্জেল অদুনা,
লাংবন খোইহীগুম থুন্নবা ।
পুমবুম তাবা পাম্বোমদুনা,
থাঙ্গৎতুনা ব্রাংনা মালংদা,
তুন্নবা খুদোনশিং অদুনা,
থিন্দুনা ঐঙোন্দা খৎলদুনা
খুৎলাম কোযনা কৌবকপদি
লাকও হাযদুনা নংগী নাক্তা ।
ময়াই কাবে, ময়াই কাবে, ময়াই কাবে,
ঙাওবে এদি, ঙাওবে ঐদি, ঙাওবে ঐদি,
ঙাওবে.. .হে,
যেংলুবদা শক্তম ফজবী নংগী,
উকুবদা মীনোক নুংশিবী নংগী,
তাকুবদা খোঞ্জেল থুন্নবী নংগী ।
চেনশিনবদা ঐনা, নংগী নাক্তা,
পুবদুনা হবাউ থম্মোয,
তুশিনবদা ঐনা, নংগী মাঙদা,
খুদি থীদুনা হাবুংদা,
যেংলগা ঐবু নাদুনা হৌগৎলকপা,
থীক থীক লাউনা নোকপদো,
চিন্থালদুনা তঙাংলবী, খুমজিল্লগা খুবাম্না ।

ময়াই কাবে, ময়াই কাবে, ময়াই কাবে,
ঙাওবে এদি, ঙাওবে ঐদি, ঙাওবে ঐদি,
ঙাওবে....হে,
যেংলুবদা শক্তম ফজবী নংগী,
উকৃবদা মীনোক নুংশিবী নংগী,
তাকুবা খোঞ্জেল থুম্নবী নংগী ।

ইকাই ইকাই চেনশিল্লুবদা,
নংগী ননাক যৌনবা,
লৈথোকখি মাযথোঙদো নংগী,
ওইনদুনা নংনা তুংওন্ননা লেপখি,
লেংবান্দো ফজবী কোযদানবী,
শাংলবা শন্নাংশিংদো নিংথীবী,
নিংদু যৈনা ফজবী ।

ময়াই কাবে, ময়াই কাবে, ময়াই কাবে,
ঙাওবে এদি, ঙাওবে ঐদি, ঙাওবে ঐদি,
ঙাওবে . .হে,
যেংলুবদা শক্তম ফজবী নংগী,
উকৃবদা মীনোক নুংশিবী নংগী,
তাকুবদা খোঞ্জেল থুম্নবী নংগী ।



## (৫০) "য়াদবা লৈতে"

যাদবা লৈতে,
যাদুনতা লাক্লবনি,
নংনা হাযবতা ।
ইন্দবা লৈতে,
ইন্দুনতা লাক্লবনি,
নংনা হাযবতা ।

নংনা নুংশিদববসু,
ঐনা নুংশিজৈ,
নংনা পান্নীদববসু,
ঐনা পামজৈ,
নংনা নোক্লবসু,
থম্মোযদা মপাল্লি,
নংনা শুগৎলবসু,
ইফদা মফজৈ,
নংনা চৈববসু,
হেন্নদুম মনুংশি ।

যাদবা লৈতে,
যাদুনতা লাক্লবনি,
নংনা হাযবতা ।
ইন্দবা লৈতে,
ইন্দুনতা লাক্লবনি,
নংনা হায়বতা ।

নংনা শাউববসু,
শাউবগী মতিক,
ফজবগী মগুন,
ইহেন্দা হেনগৎলি,
নং কেববসু,
ইফদা মফজৈ,
"লাই মচা মাল্লেহায স্বর্গদগী কুম্লকপা"
নংনা কেদ্রবসু,
ইপকক্তা মপকচৈ,
শম্লাং ফাবমসু,
ইফদা মফজৈ,
শম্লাং কেববসু,
ইকৎতা কৎলকচৈ ।

যাদবা লৈতে,
যাদুনতা লাক্লবনি,
নংনা হাযবতা ।
ইন্দবা লৈতে,
ইন্দুনতা লাক্লবনি,
নংনা হাযবতা ।

নংনা জিন শেৎলবসু,
ফজবগী ঙমখৈ লৈতে,
নংনা ফনেক শেৎলবসু,
নিংথীবই ঙমখৈ লৈতে,
"শাবী নংবু নুংশিবা,
মানজা নংবু পাম্মুবা"
হাযবক্কদৌ মাল্লি ঐঙোন্দা,

শোল্লকদৌ মাল্লি নংনা,
নুংশি হাযবদা মহাযবীযু,
পামজৈ হাযবদা মহায়বীযু।
য়াদবা লৈতে,
যাদুনতা লাল্লবনি,
নংনা হাযবতা ।
ইন্দবা লৈতে,
ইন্দুনতা লাল্লবনি,
নংনা হাযবতা ।



# (৫১) "খুঙ্গংশিংদু য়ৌরগা"

নংনা হৌবদা কনা যাদ্রবদি,
নদোম চৎলোনা,
নদোম চৎলো, নদোম চৎলো, নদোম চৎলোনা,
হে.. হিহোনবা ।
নৌবেল অদু চেৎনা পায়যু,
হিনাউ অদু থুনা হোল্লু,
ঈথৎ ঈপোম নাইববা,
ঈচেল কল্লবা তুবেলদুদা ।

নংনা হৌবদা কনা যাদ্রবদি,
নদোম চৎলোনা,
নদোম চৎলো, নদোম চৎলো, নদোম চৎলোনা,
হে. হিহোনবা ।
হন্না মুক্তা যেংলুনু,
পম্লুংফমদু য়ৌদ্রিফাওবা,
সহবগী অনিলবা থাদোক্তুনা,
চিল্লবা খুঙ্গংশিং য়ৌদ্রিফাওবা ।

নংনা হৌবদা কনা যাদ্রবদি,
নদোম চৎলোনা,
নদোম চৎলো, নদোম চৎলো, নদোম চৎলোনা,
হে.. হিহোনবা ।
থিকনু হিহোনবা,
যেংলুনু হিবোইবা,
খাজল থাবী,
পীশুম যেকপী,
মিৎপা হাপ্পী,

চীন্নাল শঙবী,
সহবগী হেল্লোইশিং ।

হন্না মুক্তা যেংলুনু,
পন্থুংফমদু য়ৌদ্রিফাওবা,
সহবগী অনিলবা থাদোক্কুনা,
চিক্লবা খুঙ্গংশিং য়ৌদ্রিফাওবা ।
সাবি শেংপী,
খোংগ্রাও শেংপী,
সলবাব শেংপী.
খুজিল থাকপী,
মচু শংবী,
সহবগী লৈশাবীশিংদো ।

হন্না মুক্তা যেংলুনু,
পন্থুংফমদু য়ৌদ্রিফাওবা,
সহবগী অনিলবা থাদোক্কুনা,
চিক্লবা খুঙ্গংশিং য়ৌদ্রিফাওবা ।
থিকনু হিহোনবা,
যেংলুনু হিবোইবা,
মিংযেং যান্বী,
লমকেৎ লমহাইবী,
সহবগী লৈশাবীশিংদো ।

নৌবেল অদু চেৎনা পাযযু,
হিনাউ অদু থুনা হোল্লু,
সহবগী অনিলবা থাদোক্কুনা,
অচিকপা খুঙ্গংশিং য়ৌদ্রিফাওবা ।
খুঙ্গংশিংদু য়ৌবগা,

হিদেন খুদিং য়েংউ,
হিনাউ অদু খাম্মু,
নৌবেল অদু য়ুংলগা ।

থেংনগনি শানৌ কযা,
চেংহী শম্বাল লাংলম্বা,
ব্রাচেৎনা শমজেৎ শাবগা,
শম্লাং কেনা হাৎলম্বা,
থৌদু নংবু থিবগা,
নুবা ননবী নুংজশিং,
খুঙ্গংশিংদু য়ৌবগা,
হিদেন খুদিং য়েংউ,
হিনাউ অদু খাম্মু,
নৌবেল অদু য়ুংলগা ।
মীনোক খুদিং,
ইচম চম্বী,
ব্রাঙাং খুদিং,
খোঙহী চেনবী,
শানৌশিং কযা ফজবী,
উবা ফংগনি তোববান খুদিং,
নুজাশিং কয়া নিংবী
য়েংবা ফংগনি [illegible] ।

খুঙ্গংশিংদু য়ৌবগা,
হিদেন খুদিং য়েংউ,
হিনাউ অদু খাম্মু,
নৌবেল অদু য়ুংলগা ।
নংগী থম্মোয়না,
খোযদজবা নুজা,
নংগী থব্রায়না,
মিতাজবা নুবা,

হেকনিংবা লৈবাং,
হেকপা ফংগনি,
চিন্নিংবা শীঙেল,
চিনবা ফংগনি ।

খুঙ্গংশিংদু যৌবগা,
হিদেন খুদিং যেংউ,
হিনাউ অদু খাম্মু,
নৌবেল অদু যুংলগা ।



## (৫২) "লমতাগী পুর্ণিমা"

লমতা থাগী পুর্ণিমা থাজও,
নংগী মাযথোঙ উকুবদা,
থম্মোযদা ঈবাং হৌবকই,
লমতা থাগী পুর্ণিমা থাজও ।

কুমজা খুদিং,
মিৎকা মিৎকা,
চান্নবদা নংগা ঐগা,
মকা লাম্বা,
হেল্লি হন্দক্লা,
হেল্লি কুমশিনা,
মাযথোঙদো ফজবী নংগী,
সনা মচু মানবদো,
চীঙদোলনগী ফোঙলকপদা,
চেক্লৌদো নিংথীবী নংগী,
লুপা মচু মানবদো,
নোংদোনথক্তা ঙাল্লগা,
হেল্লি হন্দক্লা,
হেল্লি কুমশিনা ।

লমতা থাগী পুর্ণিমা থাজও,
নংগী মাযথোঙ উকুবদা,
থম্মোযদা ঈবাং হৌবকই,
লমতা থাগী পুর্ণিমা থাজও ।

শন্নাং মকে,
শেম্নিংবা পোক্লকই,
থ   োয়া ঈচেল,
যাঙনা চেল্লকই,
থাবকই তাম্বা,
থবাক চোংনা,
নুংশি ইহুল,
ফাওবকই ঐঙোন্দা ।

লমতা থাগী পুর্ণিমা থাজও,
নংগী মাযথোঙ উকবদা,
থম্মোযদা ঈ াং হৌবকই,
লম া থাগী পুর্ণি  থাজও ।

বসন্তগী মতম চংলকপদা,
হৈপাল লৈপাল খুদিংম  ,
অনৌবা যেন্নিং হুল্লকপদা,
পোম্লম্মা লৈবাং কয়ানা,
শীং েল লৈশাং তম্লকপদা,
শংবানবা নংগী শিং
মালেম অসি ম   বদা ।

লমতা থাগী পুর্ণিমা থাজও,
নংগী মাযথোঙ উকবদা,
থম্মোযদা ঈবাং হৌবকই,
লমতা থাগী পুর্ণিমা থাজও ।

শরত থাগী থানিলগুম্মা,
ওইগনু নংদি লমহেনবী,
ঙাওশিন্নগনু নংদি শকহেনগী,
লোংখিনু লৈচীল মকমদা,
নুজাগী থম্মোয কাযখিনি,
নুংশি মৈচাক হনখিনি,
থম্মোয ঈচেল লেপখিনি ।

লমতা থাগী পুর্নিমা থাজও,
নংগী মাযথোঙ উকবদা,
থম্মোযদা ঈবাং হৌবকই,
লমতা থাগী পুর্নিমা থাজও ।



## (৫৩) "মৈরাম্বী"

মৈরি অদু,
চাক্লি থম্মোয়দা,
মৈশা অদু,
লাংলি থব্রাযনা,
ঐনা নংবু,
নুংশি পাম্মুই,
মৈবাম্বী হো মৈবাম্বী ।
কোযপাই পাইদুনা মৈবাম্বী,
য়েংখো মৈবিশে ঐগী,
খাঙখো মৈচাক্তো নুংশিগী ।

পন্থৌ যাথং ফংদ্রিফাওবা,
পলেম থম্মোয ওন্দ্রিফাওবা,
অবুংগী অশাওবা হন্দ্রিফাওবা,
কোযপাই পাইদুনা মৈবাম্বী,
য়েংখো মৈবিশে ঐগী,
খাঙখো মৈচাক্তো নুংশিগী ।

শেলোই চীঙমায় নিকত্রিফাওবা,
থৌদু নুঙনা তুমদ্রিফাওবা,
লাইজ ঈচেল লেপত্রিফাওবা,
কোয়পাই পাইদুনা মৈবাম্বী,
য়েংখো মৈবিশে ঐগী,
খাঙখো মৈচাক্তো.নুংশিগী ।

পাইশিল্লক্রবদি নংনা ঐগী নাক্তা,
ঙাওরদুনা ঐগী মৈবিগী মঙালদা,
চোংশিল্লবদি নংনা ঐগী 'নাক্তা,
ঙাইঙমদনা নুংশি খাঙবা ঙমদদুনা,
চাকথেকখিগনি নশাশিংদো মৈবন্বী নংগী,
মাঙখিনি থব্রায নুংশিবা নংগী,
মুৎখিনি ঐগী নুংশি মৈবি ।

কোযপাই পাইদুনা মৈবান্বী,
য়েংখো মৈবিশে ঐগী,
খাঙখো মৈচাক্তো নুংশিগী ।



## (৫৪) "হুরানবা"

লাক্লম্মী হুবানবা অমা ঐগী 'নাক্তা,
তোযনা তোযনা লাক্লম্মী হুবানবদো,
যেংলম্লগা তুমিন তুমিন লোন্না ঐঙোন্দা,
চংখি নোক্তুনা মোমোন মোমোন ।
পক্লম্মী লৈনাশিংদো ঈশিং মবিক মবিক,
লাইজ ঈশিং মবিকশিংদুনা,
ফজহল্লম্মী ঐগী অঙাংবা লৈনাশিংসে,
সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম ।

তিংখংনা যোল্লবা উশা মবক্তা,
পোমজবম্মী ঐসে ইতোমমতা,
কিজবম্বনি শাৎচবা লৈকা ফন্না,
উখিনি খনবদা কলক মিহৌবা কযানা ।
হুবানবা অদু লাক্লে অমুক,
মীবৎ নাবৎ যেংলগা মানা,
চংশিল্লক্লে ঐগী 'নাক্তা,
তিংথোবক্লে মখুৎতু হেক্কদবগী ঐবু ।

তিংখংনা চযোম শাববী ঐবু,
হেক্কনি খল্লম্বা লাযনা,
ব্রাখল মাগী অবানবনি,
যুদুনা তোক্লেদো মখুৎশিংদো ।
হনগে তৌবম্মী হুবানবদো মমায লৈদুনা,
অনা চৈথেং ফংলবদা তিংখংগী,
লাক্লবি শংতোকনবা তিংখংশিংদো,
চেন্থবক্লি ঈ শিংদো উনশাগী মখুন্দগী ।

পাওদবা নংবু কনানো হুবানবা,
হুবা লাক্লগা পামজবনা ঐবু,
হেক্কে খল্লগা লৈবাং ঐবু,
হল্লগেবা কিদুনা তিংখংনা যুবা ।
কবিগী চেনগে খল্লি হুবানবা,
যুবদা তিংখং খবদং নখুৎতা,
উবগা চেন্থবা ঈবীক খবা,
নাবগা অযো খবা উনশাদা ।

পুন্সিসে শাংলবা লম্বীনি তিংখংনা থল্লবা,
থেংনবা তাবনি অকিবা লৈতনা,
তিংখং কিদুনা চেল্লবদি,
কবম্না ফংগনি খোযদাজবা লৈবাং ।
হেক্কে খল্লবদি পামজবা শীঙেল ঐবু,
থৌনা ফৌ অকিবা লৈগনু,
হয়েং ইনুং সোবা তৈবগা,
অমুক হল্লকখো হুবানবা ।

ইনুঙ লিক্লা তাবক্লগা,
কোবৌ মৈশা ফংলগা,
শাংলমলে তিংখংলক্তগী লিংথোক্তুনা,
হেকচকুলাউ শীঙেল ঐবু থম্মোয শেংনা ।



## (৫৫) "শীঙেলনা লৈশাং তম্নকপদা"

লৈশাং তম্লে,
লৈহী চেল্লে,
লৈনম ফাওবে,
ফজবই ঙমখৈ লৈতবে,
নুংশিবই পনখৈ লৈতবে ।

উকবদা নুজা নংগী নিংথী চেক্লৌদো,
হৌবক্লে থম্মোযদা নুংশি ঈহৌ'মা খাঙঙমদ্রবা,
যেংলুবদা শানৌ নংগী ফজবী শক্তমদো,
চাক্লক্লে থম্মোযদা মৈচা অমা পুঙমদ্রবা ।
লৈশাং তম্লে,
লৈহী চেল্লে,
লৈনম ফাওবে,
ফজবই ঙমখৈ লৈতবে,
নুংশিবই পনখৈ লৈতবে ।

থিববি নংবু খোইমু খ্বাংজেংবা কয়ানা,
লৈহৈ চুপকে তান্নবি কোযনা পাইদুনা,
যেংলবি নংবু লমহেনবা পাখঙ কযানা,
থেম্লবি নংবু নুংশিদা নুংশি শাজিন্নদ্না ।
লৈশাং তম্লে,
লৈহী চেল্লে,
লৈনম ফাওবে,
ফজবই ঙমখৈ লৈতবে,
নুংশিবই পনখৈ লৈতবে ।

লৈখোঙ শঙবা ঐসে পোমশাংনাবঙেদগী নংনা,
ম্বাজবক্লবা ঐসে লাইজা খিকপদা নংবু,
খল্লুবদা হুখিগদ্র শীঙেলবু লমলানবা কনাগুম্বনা,
ইতোমতা ম্বাজে, ওইকবনা পাঙদবা খোইমু ।
লৈশাং তন্নে,
লৈহী চে: ,
লৈনম ফাওবে,
ফজবই ঙমখৈ লৈতবে,
নুংশিবই পনখৈ লৈতবে ।



## (৫৬) "তম্ফা লাইরেম্বী"

খুকুমজবি ইমা পাম্বোইবী,
খুকুমজবি তম্ফা লাইবেম্বী ।
ইনুঙ চীঙখৈ হুল্লকপদা,
কোবৌ মশক উদ্রিঙৈদা,
অমম অঙান শিন্নবকপদা,
অযুক্কী লিক্লা তাদ্রিঙৈদা,
নোংথাং কুপফেৎ কুপলকপদা,
মালেম লৈপুঙদা খোঙদবকখিবী ।
খুকুমজবি ইমা পাম্বোইবী,
খুকুমজবি তম্ফা লাইবেম্বী ।

নোংমদোন খেৎনা ব্রাংবী,
ব্রাংবগী পনখৈ নাইদবী,
চীঙগী নুজাশিংগী মকোক ওইবী,
ফিজোল কযা হোংদুনা,
লব্রাইদা শন্নি ফাদুনা,
শেলোই চীঙমাইদা কাবী ।
তমগী নুজাশিংগী মকোক ওইবী,
শল্লাং কোযনা ককতুনা,
ফিগে ফনেক থোন্দুনা,
সনাই খুজি শিদুনা,
খুদোপ যাইওইবা হুক্লুনা,

লিক্লাং পবেং থোন্দুনা,
লেংথোবকপদা তম্ফা খোইমোমনা,
মশেক মঙালনা থকতোবকপদা,
মালেমবু পুমঙাল ঙালহন্নবী ।
খুকমজবি ইমা পান্থোইবী,
খুকমজবি তম্ফা লাইবেম্বী ।

খাম্বীনা ফনেক ওইবী,
লাইজনা খ্বাংচেৎ শেৎপী,
লাংগোই শগোল শাদোংবী,
নুংশিৎতগী যাংনা থৌবী,
মালেমদা, নাপীদা, খেক্লোযদা,
শগোল খোঙ্গুল তাদবী,
হাউনা মতোন চিনবী,
ব্রাচেৎ শমজেৎনা হাৎপী,
হিদেন খুদিং ঈকুজবী,
থৌদুনা নুবা ননবী ।
খুকমজবি ইমা পান্থোইবী,
খুকমজবি তম্ফা লাইবেম্বী ।

তুবী কোন্না খাঙঙবী,
লাইবেল ফৈনা থেকঙম্বী,
লাংবন্দা চোংবা চেংগুমগুম,
নতোমতা চোংথোক্কুনা শাৎপী,
খাঙবা কনবী লৈবাকলৈগুম,
লৈপাকপু থীনগাইদুনা শাৎপী,
লুমাং শম্বুল পুল্লগা,
নুপা ওইনা লাংওনবা,
লুতুং শম্বুল পুল্লগা,

নুপী ওইনা শাইওনবী,
লৱাই শম্বুল পুল্লগা,
তম্ফা খোইমোম ওইবী ।
খুরুমজবি ইমা পান্থোইবী,
খুরুমজবি তম্ফা লাইরেম্বী ।

হুযেল লালপাউ লাকপদা,
অকিবগী শক্তম লৌবী,
লালগী মবেম্মা ওইবী,
খুৎতা থাংশাং পাযদুনা,
পান্বা কৈবেল তোংদুনা,
থাংহাই মমিগুম শাথৌবী,
লালঙম ফিবাল থেংলিবী,
অচুম অবান খাইবীবিবী,
মিংয়েং অমুক শাংখৈবকপদা,
অঙকপা মঙাল কাপথোবক্রুনা,
লৈবাক কযা তুমহনবা ঙম্বী,
তাইবঙ কযা উৎ ওলহনবী,
খুবাক অমুক হাযবকপদা,
খাম্বী মৈবুল ওন্দুনা,
যেক্লা খিবীক চাকথেকহন্বী,
লালগী মবেম্মা লাইবেম্বী ।
খুরুমজবি ইমা পান্থোইবী,
খুরুমজবি তম্ফা লাইবেম্বী ।

মেবা থানা চংলকপদা,
নোংমা পানবা নুমিৎতা,
চাউবেল হৌবা কোবৌদা,
নোংগী মবি ওইদুনা,
মালেমদা কুমথবীবি ইমানা,
যুমথোং খুদিং চংদুনা,
যাইফ থৌজাল ললকুবীবি,
পুক্কে থন্না হাপ্পীবি,
চেংফু থন্না থম্বীবি,
চীঞ্জাক ৱাংতনা পীবীবি,
লনগৈ থন্না থম্বীবি,
লৌশিং মৈবা চুবীবি,
শাগৈ থাউমৈ থানবীবি ।
খুকমজবি ইমা পাম্থোইবী,
খুকমজবি তম্ফা লাইবেম্বী ।



# (৫৭) "অউমনু থুমনু লাইরেম্বী"

(১)

খমনুঙ যাবীবোক্তুদা তাইবঙগী,
লৈকোল অদুদা নিংথীজববী,
মীগা লাইগা শম্নফম,
লাইগা লাইগা ব্রা তানফম,
মীগা মীগা তিন্নফমদুদা,
লৈবাংনা লৈশাং তম্লকপদা,
নুংশিবা লৈনম ফাওবকপদা,
তাইবঙ তীল কাংফম ওইবিবা,
মফমদুদা থোৎলবা, নৌববা, মেঙলবা,
ঙান্থোইবীবি ইমা খোইমোম,
অউমনু থুমনু লাইবেম্বী ।

(২)

হোৎনজৈ পোক্লবনিনা তাইবঙসিদা,
নদাইবেম তুগা ব্রাগা ঐখোয়ননিনা,
চাদানবা নাউদনবা শাগৈ চাউনবা ।
অদুবু,
মপাল শাৎতবে, মহৈ যান্দবে,
উজবা ফংদবে পাবি অমা,
যেংজবা ঙমদবে ইমোম অমা ।

(৩)

মালেম কোইনা চৎতুনা,
অখঙ অহৈ কয়া তান্নজরুই,
ফংননবা পাবি'মা ইমোম'মা,
কনাগী মবালনো থীজরুই,
তু মাগী ওইববা,
ব্রা ঐগী ওইববা !

মতমগী চাউখৎলবা খুৎলাইশিংনা,
ব্রা গী শিদযাই মহী লৌথোক্তুনা,
ঈলেকত্রোন মাইক্রোস্কোপগী মতেং লৌদুনা,
মশিং থীবি, মশক য়েংলি, পাঙ্গল যেংলি,
তু গী নাওযোম নাউবি পুম্নমক,
যেংলী মতেংনা মখোলগী,
ব্রাংলবা মখোলদগী থকতোবকপা,
খোঞ্জেলশিং ফাদুনা থল্লি,
মমি তাহল্লি কম্পুটবনা,
যাওবমদবে অশোয অঙাম,
লৈবমদবে মবাল তুগীসু ব্রাগীসু ।

(৪)

হৌখবে চহী কুমজা কযা,
লৈমিন্নবকপা তুগা ব্রাগা ওইনা,
তাইবঙ ফম্বালথকসিদা নিংথীববা,
লাইফম কযা চৎতুনা,
তির্থা কযা কোযদুনা,
মাইবা মাইবী কযা তান্নদুনা,
ডাক্তব কযা তান্নদুনসু,
ফংবা কৌবা মবৈতবে,
পাবি ইমোম নুংশিবা'মা ।

(৫)

উপাই লৈত্রবা তু গা ব্রাগনা,
হৈবম তবেৎ লাংজবে,
লৈবম তবেৎ থেনজবে,
কবোক নাচল তবেৎ পোকচবে,
নোংনাং কোবি মনা তবেৎ,
লালুকোক মপান তবেৎ,
সনা খোংনাং মনা তবেৎ,

পুক্লুং লফু থবো অমা,
লফোই লফাং চঙ থোকপা অমা,
লাঙজদুনা কচ্চবে ঙাংলৌখাদা,
অউমনু থুমনু খোইমোম ইমাদা,
পাবি অমতং ফংজনবা,
ইমোম অমতং পোকচনবা ।

(৬)

অদু কোবৌ নোংদগী,
থাবুম অমা ফাবকপদা,
লেপখ্রে ঈচেল চেন্থবকপা,
খোযদৌ মখাগী থম্বালদগী,
তু গী খোইজিখা মিহুল লাংখ্রে,
ব্রা না তিল্লাং খৎযোৎনখ্রে,
অব্রাবা নিংশা লেপখ্রে,
নুংঙাইবা নিংশা হোনখ্রে,
তু গী ব্রা গী থবোম্বীদা ।

(৭)

থাবুম তাবা নাউপুবগা,
পাবি অমা ফংজবে,
হবাউ মথোই কাজবে,
নুংঙাই পনখে লৈতবে,
তুগা ব্রাগা লোযননা,
পাবি চাউদা যেংজবগা,
হন্না হন্না থাগৎচখি,
অউমনু থুমনু লাইবেম্বীবু ।



# (৫৮) "কোরৌ মানা মাঙ্খ্রবদা"

(১)
কোবৌ মাদি তাখবে,
সমুদ্রগী ঈবোংনুংদা লুপখবে,
মতমগী ঈচেলদা তাউথখবে,
খম্নুঙ শান্না তান্খবে,
খাম্বা কৌবা ঙমহৌদবে,
লুপখিবনা মহানখবে ।

(২)
অমম্বা অহিং হৌখবে,
ইনুং সোবা তৈবক্লে
চবোই তেতু খোংলক্লে,
কাক্কী লালপাউ চেল্লক্লে,
মাবিংগী যেনবা লাবনা,
কেনা কেনা হৌনা হৌনা
কে কে ক্রে, কে কে ক্রে খোংলক্লে,
কৌরৌ মঙাল লাক্কদবা,
নোংপোক শেলোই মকমদগী,
খঙহৌদনা থোবক্কদবা,
শাগৈ শলাই পুম্নমক্
ঙালহনবীগদ্র খঞ্জকবনি ।

(৩)
অবেম্বনি ব্রাখল ঐগী
লৈচিলনা দোলাল শবগুম্বনি,
মঙলান্দা পামেলদগী তাগুমনি,
লাইজা মমিদা তাম্নগুমি
থব্রায মানা মাঙখ্রবদা,
অমঙ যাইথোমঙ কুমখ্রবদা,

কৌবৌ মাদি খোবক্রবদা,
কাযদুনা নিংজবা ঐনা,
হন্না অমুক যেংলুবি ।
নোংপোক অতিযা মকোযদুদা ।

(৪)

মদোম তোমথিন ঙাল্লম্বা,
কোবৌ মানা মাঙখ্রবদা
অদুগুঁ,
নুমিৎ কাপ্পা অথৌবনা,
সনা কংলা মনুংদা,
থৌদু নুংদা লেপতুনা,
নুমিৎ মাবু কাপাথবদা,
কোবৌনা চৈনা ফংখিবদো,
অমুক নৌহৌনা নিংশিংহল্লি ।

(৫)

কোবৌ মানা মাঙখ্রবদা,
থবীনা থৱায় থাখ্রবদা,
মলেম ঐগী মল্লগদ্র,
খনজকই পঙলবা ৱাখলনা ।
অদুবু,
মালেমগী অতিযা মকোযসিদা,
তবং মালং কুযোমসিদা,
থাজা অনি থোক্লমলে
অমনা থাজনি নুংথিলগী,
অনিনা থাজনি নুমিদাংগী ।
থাজা অনিদুদি ......!

অমনা
পলেম মানা পাউতাকপী,
পষ্টৌ মার খোঙ্গুল তুংইনবী,
সনা মহী লাইনিংথৌ ফংঙব্বী,
লৈমরেল সিদবী য়ৌঙব্বী,
ইবুধৌ পাখঙবনা লমজিংবী,
থাবুঙ লাইজিং তোম্বীনি ঙাল্লিবী ।
অনিনা,
হিমালোয় চীঙশাং লান্দুনা,
আল্পস চীশাং ৱাংমদা,
অমুবা সমুদ্র ৱাংমদা,
ইউবোপ লমদা লৈদুনা,
মপুগী য়াথং পুদুনা,
তাইবঙ শিঙ্খা পাঙথোক্লিবী,
থাবুং সনাহনবীনি ঙাল্লিবী ।
(৭)
কোবৌ মানা মাঙগ্রবসু,
থাজা অনিনা ঙালহৌবে,
অমনা নুংথিলগী থাজা ওই,
অনি না নুমিদাংগী থাজা ওই ।।



## (৫৯) "লৈমরেলনা পুবা"

(১)

চৎলি থৌদুনা কাবদু,
হল্লকলি পুংযৈবগী ময়ুমদগী,
ঙাংনকুবনি মাগা ঐগা,
পুঙ্ যৈবীনবা ঈশৈগী,
তান্থা পীবীনবা জগোযগী,
মানা ঈশৈ শকপদা,
জগোয শানা শানা।

(২)

চৎলি ঐখোযনি স্বর্গগী,
নিংথীববা লৈকোল অদুদা
খুৎকা খুৎকা পাযনদুনা,
যৌননবা মকাইফমদা ইমা লৈমরেলগী,
মানা হাযবক্লম্মী :
মাঞ্জা নংবু নুংশিবা,
তম্বীবনি ঈশৈশু নংনা,
হৌজিক্কি থম্মোযসে ঐগী,
ওইখ্রেদো নুংশিবা নংগী।

(৩)

ঙৌবোক ঙৌবী,
চীম্বাল তঙাংবী,
মুশুক মুবী,
শম্বু থুংবী,
চৎলি ঐখোযনি স্বর্গগী,

নিংথীববা লৈকোল অদুদা,
খুৎকা খুৎকা পাযনবদুনা,
যৌননবা মকাযফমদা ইমা লৈমবেলগী ।

(৪)

শাৎলি লৈকোলদা,
ফাওদুনা চৎলিবা,
পাবিজাৎ অপ্রাজিৎ, মধুমতি,
লৈহাউ লৈবেন, উবিবৈ, জাতিকুপ্পী,
ফাওবকলি মনম নুংশিবা,
চাইথোবকপা লৈনমদুনা খিল্লকপদা,
থম্মোয অসি তনৌহল্লি ।

(৫)

খোংলি চেক্লা কযানা,
তোংদুনা অপাম্বা উশাদা,
শক্লি ঈশৈ নুংশিবা,
মাগী মাগী মংবোলদা,
পুন্নমক পুল্লী,
লৈকোলদা স্বৰ্গগী,
কোকিলনা খোংলি 'কুহু' 'কুহু',
অথুম্বা হৈহী উম্লদুনা,
চরোইনা খোংলি 'তে' 'তে',
মমৈ ফৎ ফৎ হাযবদুনা,
নোংগৌবীনা খোংলি কুক্ কু,
খুকুমজদুনা থানাচাওবা ৱাংপুবেলবু,
কতিনাওনা খোংলি তিৎ তিৎ,
চোংলদুনা উশামদগী উশামদা,

খোইনিংনা খোংলি 'কোক্‌কো',
হায়বদুনা মতোকতু ফেবে ফেবে ।

(৬)
শক্লিবা ঈশৈ চেক্লাশিংগী,
তাবদা নাপদা ঐগী,
নিংথীববা লৈকোলশিদা স্বর্গগী,
লোয়নবিগে মাগা নুংশিবী,
নুংশিবনা থুমহংলবদা মাবু ঐনা,
চিংশিল্লি ঐঙোন্দা তপ নপ্লানা,
মায়গা মায়গা ওনশিন্নবি,
থম্মোয় মিহুল ফাউবি,
মানা হোন্দোরকপা নুংশি শ্বদা,
মানা নোক্লকপা যোমোন মীনোক্তা
ঙাওবি ঐসে স্বর্গগী লৈকোলদুদা ।

(৭)
মিৎ অনিদু খংপাও পাওথোক্লম্মী,
নুংশিবী মঙোন্দা ঐনা হংলম্মী,
থৌনা থৌনা কাবদু,
পায়না পায়না ষ্টাবিংদু,
করি লমনো মফমসিবো,
থৌবক্লিবা অসিনা কদায় য়ৌবক্লবনো ।

(৮)

খুন্নকই মানা,
কবিনো হায়বীবিবা অসিবো,
হৌজিক্তা মঙফাওনদৌনা তৌবিসিবো,
ঙসাই পুঙয়েবগী মযুমদগী,
কাব অদু থৌদোবক্লগা,
লাকমিন্নবা নৎতবা তোংমিন্নদুনা ?
ঙসাই মখৈ থৌবিবা,
লম্বেলশিং কযা লাল্লীবা,
গাডীশিং কযা থৈনবিবা,
নিংশিংবীদ্রবা নংবো নুংশিবা,
অদুদি কমহাযনা থৌবক্লিবা,
কবম্বা খোইমোমনা পুকবিবা !



# (৬০) "থম্মোয় অনি"

নংগী নুংশি মিৎয়েংদুনা,
শুমহৎখবে ঐগী থম্মোযসে ।
নোংজুগী অহিংদুদা,
মমলবা তাংলৌদুদা,
চাইথবকপা ঈবিকশিংনা,
চোংহললেনে মালেমসে,
নৌহৌনবেসে থম্মোযসে ।
নংগী নুংশি ঈশৈদুনা,
শুমহৎখবে ঐগী থম্মোযসে,
হায় হুমদুনা শাবা নংগী জগোযসে,
লেপহললে ঐগী থম্মোয ঈচেলসে ।
নংগী নুংশি মিৎযেংদুনা,
শুমৎখবে ঐগী থম্মোযসে ।
পীক্লবা খুঙ্গংদুদা,
তাম্না লৈহৌববা,
নংগী ঐগী নুংশি ব্রাবী,
পুন্সিসিমগী কাউওমলোই ।
নংগী নুংগী নুংশি মিৎযেংদুনা,
শুমহৎখবে ঐগী থম্মোযসে ।
ব্রাংলবা অতিযাদা,
নাইতোম ঙানজবী,
থাজনি নংসে থাজনি,
পুন্সিমগী থাওমলোই,
নংগী নুংশি ঈশৈদুনা,
শুমহৎখবে ঐগী থম্মোযসে ।



# (৬১) "শিনাইদ্রবা নুংশিবা"

কবিগী নংনা খল্লিবনো,
লাপথোক্লগে ঐঙোন্দগী,
থাপথোক্লগা, তাম্না লৈবগা,
ঙমগদবা হিংবা পুন্সি,
নতো'মতা, নতো'মতা ?
নুংশিবা ঈচেলদুদি,
থম্মোয অনিগী মবক্তা,
কাউথোকপা ঙমলোই,
হিংলিমখৈ পুন্সিসিনা ।
কাউববা অদুঙৈ,
যাবল পাৎকী পাৎযাইদা,
শাখী ওইদুনা কোম্বিবৈনা,
শবী ব্রাশক্লখিবাদো,
পুন্সিসিমগী থাদোক্লগুমসি ।
কবিগী নংনা খল্লিবনো,
লাপথোক্লগে ঐঙোন্দগী,
থাপতোক্লগা, তাম্না লৈবগা,
ঙমগদবা হিংবা পুন্সি,
নাতোম'তা, নাতোম'তা ?
কোবৌনা থোক্লিঙৈ,
থাজনো ঙাল্লিঙৈ,
তৎনবা যাবোই, থানবা যাবোই
নংগী ঐগী থম্মোযনা ।
কবিগী নংনা খল্লিবনো,
লাপথোক্লগে, ঐঙোন্দগী,
থাপতোক্লগা, তাম্না লৈবগা,

ঙমগদরা হিংবা পুন্সি
নতোম'তা নতোম'তা ?
মপোক মপোক খুদিংদা,
লাংওন লাংওন খুদিংদা,
তাউমিন্নসি নুংশি ঈপাক্তা,
হোঃ নুংশিবা, নুংশিবা ।

কবিগী নংনা খল্লিবনো,
লাপথোক্লগা ঐঙোন্দগী,
থাপতোক্লগা, তাম্না নৈবগা,
ঙমগদবা হিংবা পুন্সি,
নতোম'তা, নতোম'তা ?



# (৬২) "হল্লকখি নিংবা কায়দুনা"

(১)

উজবগা পেনজবনি থম্মোয়না,
নংগী নুংশি মায়থোঙদো,
নুংতি নুমিৎ খুদিংগী,
মিকুপ পুংজা খুদিংগী ।

(২)

নিংশিংলি পুক্লিংনা তোযনা,
ঈশৈ তম্বীবদা ঐনা,
জগোয তাকপীবদা ঐনা,
হাযখিবা ৰাহৈশিংদো নংনা,
"সে ! লাউবকউসে .... হো হিহোনৰা ..."
অস ! হৈতেবা, কমহায লাউদোইনো !
অস ! কন্না লাউবকউ, হৈনবা
হো হিহোনবা, নংনা কৌবদা, .....
কনা লাকত্রবদি, নদোম চৎলোনা .... ।

(৩)

নুংশি নংসে অসুক্কী মতিক,
নুংশি খোঞ্জেলসে অসুক্কী মতিক,
তাখিদ্রি পুন্সিসিদা অমুক্তা,
থীনগুম্সী থম্মোযদা তাশোন্না ।

(৪)

নংগী নুংশি মিংযেংদো,
নংগী নুংশি মিনোক্কো,
ঈশৈ শক্লা শক্লা,
জগোয় শানা শানা,
য়েংলকপদো ঐঙোন্দা,
নোক্লকপদো ঐঙোন্দা,
অকিবা নুংশিবা যাওনা,
কাউবা ঙম্লবোই পুক্সিসিমগী ।

(৫)

উবকত্রবদা পাম্মুবী নংবু,
মতম কযা শাংলবা,
যৌখিবনা মোংবা নবানযাইদা,
নপাম লমদম নুংশিবদা,
খাঙলি থম্মোযনা কপ্পা,
হেদো নাহে তম্লদুনা,
যেংলুই চংশিন্দুনা ঐনা,
মফমদুদা জগোয তমফম,
শঙদুদা ঈশৈ তমফম ।

(৬)

ইহাঙ হাঙলবা চাউববা,
ঈচিক চিক্লবা জগোয়শঙদুদা,
লাউনা কৌবি ঐনা,
নুংশিবী নংগী মিংলেনবু,
হৌনা হৌনা হন্না হন্না .....
থক্তোবকপা খোঞ্জেল নত্তনা,
ফক্লাংদগী শিলিংদগী অকোয়বগী,
হন্না হন্না ইকাইবা পীব নত্তনা,
তাখিদবে নংগী খোইথুন্নবা খোঞ্জেল,
উখিদবে নংগী নুংশিববা শক্তম,
তাইবঙ কনা উদ্রবদা ঐনা,
হল্লকখি ইতোমতা নিংবা কাইদুনা ।

(৭)

নংগী মাযথোঙ
মকা লাম্বী, ঙৌবোক ঙৌবী,
নংগী লাইবক,
তোংতক তৌবী, হুমাংকাংবী,
নংগী পীসুম,
পাতক তৌবী, কোন্তক হৌবী,
নংগী চীম্বাল,
পাবপ তৌবী, ঙাংশং ঙাংবী
নংগী নাতোন,
তুমতক তৌবী, নুংশি স্বব হোম্বী,
নংগী খুজেং,
লৈদুনা লৈবি, জগোই খুথেক্তা,
নংগী শম্বু,

বাশি লৈবী, খজাইদা থুংবী,
নংগী ঙকশম,
ঙৌবোক ঙৌবী, অমুবা লংলানা লৈতেংবী,
নংগী শন্নাং,
ৱাই ৱাই লাউবী, নংগন তংখাই খুন্বী,
নংগী ফুবিৎ,
ঙাংশং ঙাংবী, নুংতিগী হোংদবী,
নংগী নিংদু,
তোংতক তৌবী, ৱাইনা ফজবী,
নংগী খোংচৎ,
খোঙথাং খুদিং মিহুল চোংবী,
নংগী মিনোক,
ইচম চন্বী, ইকাই নুংশি য়ান্নবী,
পুন্নমক নিংশিং নিংশিং ঐনা,
হল্লকখি ইতোমতা নিংবা কায়না ।



# (৬৩) "খুঙ্গংগী নুজা (১)"

মাযথোঙদো, শাবান্দো,
ফিদোন্দো, ফনেক্তো,
মিনোক্তো, চীন্বালদো,
শম্লাংদো, মনমদো,
চম্লবী খুঙ্গংগী নুজা নংগী,
পাম্মুবী নুংশি শক্তম নংগী,
উকবদা ঙাওবে ব্রাখল ঐগী,
নৌহৌনবে নুংশিবনা থম্মোয় ঐগী ।
যেকখবে থম্মোযদা,
চেনখরে ঈচেল ওইনা,
তিনখবে ব্রাখলদা,
নুংশি মম্মি তাখবে,
চম্লবী খুঙ্গংগী নুজা নংগী,
পাম্মুবী নুংশি শক্তম নংগী,
উকবদা ঙাওবে ব্রাখল ঐগী,
নৌহৌনবে নুংশিবনা থম্মোয ঐগী ।
মিংযেংদা নাযেংদা
ব্রাঙাংদা শাঙাংদা,
মিনোকতা খুৎনোক্তো,
লাইবৈপাক্কী লাইবেন্বী মানবী,
চম্লবী খুঙ্গংগী নুজা নংগী,
পাম্মুবী নুংশি শক্তম নংগী,
উকবদা ঙাওবে ব্রাখল ঐগী,
নৌহৌনবে নুংশিবনা থম্মোয ঐগী ।

নকশিল্লুবদা নংগী নাক্তা,
নুংশি স্বব মনম্মা,
থম্মোয় মিন্থল কাংহল্লি,
পুন্সি লাইমন ওইহল্লি ।
    চন্নবী খুঙ্গংগী নুজা নংগী,
    পাম্মুবী নুংশি শক্তম নংগী,
    উকুবদা ঙাওরে ৱাখল ঐগী,
    নৌহৌনবে নুংশিবনা থম্মোয় ঐগী ।



# (৬৪) "ইঙৈল্লে"

ইঙৈল্লে,
ইঙা থাদা পোম্বী লৈ,
ইঙেল থাদা শাৎপী লৈ,
অৱাংবা শেলোই চীঙদোলদা,
তাইবঙ কনা উদনা,
লৈবাং নতোম শাৎপদি,
চিন্নদনা নতোম শাৎপদি,
চিন্নদনা কেন্ননবা,
শাৎপবনে লৈবাংও !

নমিংতমা তাবা,
নগুনতমা শীঙথাবা,
নশক্তি উবা ফংদবা,
থিকই নংবু লৈবাং,
চীঙশাং কযা লান্দুনা,
শেলোই কযা কাদুনা,
ফংবা কৌবা লৈত্রবদবদা,
উবা কৌবা ফংদ্রবদা,
লৈবাং নংবু শকহেনবী,
হল্লকখি নিংবা কাযদুনা,
খল্লবি পুক্লিংশিনা,
ঙাইবত'মা মকনসি,
উবা ফংখিনি নোংমদি ।

হৌখবে পুন্সিগী তাঙকক্ কয়া
থিনা থিনা নুংশিবী.
লৈবাং নংবু শকখঙদবী,
উবা কৌবা মবৈতবে,
ফংবা কৌবা মঙমদবে,
থম্মোয়গী লৈরাং লৈনুংশি,
ব্রাখলগী লৈরাং পাম্মুবী ।

পুবদুনা পোৎলুম নুংশিবগী,
কাখৎলি ঐনা উয়োকচীঙদা,
য়েংনিংদুনা লৈবাং কয়া,
শাৎলিবা চীঙদোলদুদা ।
কদায অমত্তসু লৈবমদবে,
থাইনগী লৈবাং অমনবা,
মল্ল মল্ল লৈনুংশি,
লৈবমদবে উবিবৈ,
হৌবমদবে মাধবী,
উখিদবে মালিকা,
মধুমতি, লৈহাউ লৈবেন,
বোগেনভেলিযা, বেগোনিযা,
গ্লেদিওলস, পিতুনিযা,
লৈনম চেন্দ্রবা অনৌবা লৈবাংশিংনা,
লৈতেংলমলে লৈকোল অদো,
চীঙগী মতোল অদুদা,
ককচীঙগী চীদাইদা লৈবা ।

নিংবা কায়দুনা হনগে তৌবদা,
মালং শহুম ফংলকখি,
পাউজেল অমা পুবকখি,
"কাউরবা নংবু নুংশিবা,
ঐ লৈরি হায়বদো,
লোইবী চীঙদোল অসিদা,
ৱানা খাঙলি হায়বদো,
ঐবু পামজবা নংবু,
ঙাইদুনা লৈরি হায়বা,
ইঙেল্লে কৌবী ঐনা"।
খোঞ্জেল অদু তাবদা,
খোম্থাং য়েনা চীঙমায়দুদা,
চেল্লি ঐনা মাইকৈ খঙদনা,
থিবি নংবু কদাইদা লোৎলিবগে !

অথাপ্পদা উবকখি কৌবকপা,
ৱাংদম চাউদম্বী নিংথীবী,
নংগী শক্তম ফজবী,
শংবানবা অতিযাবু তেমশিংনবিবী,
শিংনা মযাৎ যাৎপী,
অশংবা ফিগে থোনবী,
লৈনা নংগী নুংশিবী,
নোংগৌ মচু পানবী ।
চেনশিল্লুই ঐনা, নংগী'নাক্তা,
হাযবকখি নংনা
"পাম্মুবা , নুংশিবা,
সিদা লৈবে ঐসে,
ইঙেল্লেনি ইঙেল্লে,
নংনা থিবিবা ইঙেল্লে,

চহী কুমজা কয়াদগী”
মতম কুইনা নিংজবক্লবা,
কুমজা কয়া থিজরক্লবা,
নুংশিবী লৈবাং মাবু,
ইঙাল্লে হাযনা কৌবী,
ইঙেল্লে হাযনসু খঙনবী,
ইমাঙদা লেপ্লববদা খঙহৌদনা,
নুংশি ফিজোল থোল্লদুনা
মোমোন মোমোন নোক্লদুনা,
ব্রাখল ঐগী তপথদবে,
থম্মোয় ঐগী ঙাওখবে,
পুন্সি’ নিঙবা থুংখবে ।



# (৬৫) "খুঙ্গংগী নুজা (২)"

খুঙ্গংগী চিদাইদা পোমশাৎনরিবী,
লৈবাং নংবু নুংশিবীও,
লৈবাং লৈশাৎ তল্লোগবা,
নুংশি লৈনম যেল্লোগবা
মাল্লি নংসে খঙনববকপা ঐগা,
মপোক কয়াদগী,
মল্লি নংসে লোযনববকপা ঐগা,
চহী কযাদগী,
উন্নববসু ঙসিগী নুমিৎ অসিদা,
অহানবা ওইনা,
খঙনববসু ঙসিগী কোবৌ অসিদা,
অহৌবা ওইনা ।

উকুবদা নংগী শক্তম,
তাকুবদা নংগী খোঞ্জেল,
শুমহৎখবে থম্মোয় ঐগী,
ঙাওখবে ৱাখল ঐগী ।
খুঙ্গংগী চিদাইদা পোমশাৎনবিবী,
লৈবাং নংবু নুংশিবীও,
লৈবাং লৈশাৎ তল্লোগবা,
নুংশি লৈনম যেল্লোগবা ।
লেপ্লি নংনা মাঙদা ঐগী,
চিংখৎতুনা ফিদোল,
লৈবি নংনা মাঙদা ঐগী
ফনেক্লা থাখুম্নদুনা,
ঙাওবি চোইজাইনববা ৱখল ঐগী,
কোযবৈ লৈদুনা,

তাউরি য়াংলক্লবা হকচাং ঐগী,
কোয়পাই পাইদুনা ।

উকবদা নংগী মায়থোঙ,
য়েংলুবদা নংগী চিন্বাল,
শুমহৎখরে থম্মোয় ঐগী,
ঙাওখরে ব্রাখল ঐগী ।
খুঙ্গংগী চিদাইদা পোমশাৎনবিবী,
লৈরাং নংবু নুংশিবীও,
লৈরাং লৈশাৎ তল্লোগবা,
নুংশি লৈনম য়েল্লেগবা ।



## (৬৬) "হে থম্মোয়"

হে থম্মোয ..........,
অঙকপনি নংসে,
খল্লুবদা ঙাওজৈ,
ইতোম'তা ..........,
হে থম্মোয .. . ....।

উদ্রবদা মহাকপু খাঙবা ঙমজদে,
উনিংবনা মহাক্কী নুংশিবী শক্কমদো,
তাদ্রবদা মাগী থুমল্লবী খোঞ্জেলদো
ঙাইবা ঙমজদে থম্মোয নংনা ।

হে থম্মোয . . .....,
অঙকপনি নংসে,
খল্লুবদা ঙা ওজৈ,
ইতোম'তা .. .......,
হে থম্মোয .........।

তাল্লবা খুঙ্গংদা লৈহৌববী শানৌ,
নুংশিবী মাবু নিংশিং নিংশিং,
কপচবি ইতোম'তা পীক্লবা কাদুদা,
হীক্লা হীক্লা, ওন্না থোইনা ।

হে থম্মোয ...........,
অঙকপনি নংসে,
খল্লুবদা ঙাওজৈ,
ইতোম'তা ..........

হে থম্মোয় .........।
থাবল ফরবা অহিং তাংলৌদা,
নাইতোম শাৎপী লৈবাংগুম,
যেংজনিংই পুন্সিচুপ্পা লেপতনা,
নুংশিবী মাবু পেন্নাইদনা ।

হে থম্মোয ...........,
অঙকপনি নংসে,
খল্লুবদা ঙাওজৈ,
ইতোম'তা ..........,
হে থম্মোয .........।

লেপ্লবগা মাঙদা নুংশিবী মানা,
মুৎখিনি খল্লম্বা থম্মোয় মৈচাক,
হেন্নদুম চাক্লকই, হেন্নদুম লুন্নকই,
উবগা মাগী নুংশি শক্তমদো ।

লেপ্লবগা মাঙদা পাম্মুবী মানা,
তপথখিনি খল্লম্বা থম্মোয ঈচেলদো,
হেন্নদুম চেল্লকই, হেন্নদুম য়াংলকই
উবগা মাগী নুংওন শক্তমদো ।

হে থম্মোয ...........,
অঙকপনি নংসে,
খল্লুবদা ঙাওজৈ,
ইতোম'তা ..........,
হে থম্মোয .........।



## (৬৭) "মতম্মা ব্রাইরা ব্রাইরগা"

মতম্মা ব্রাইবা ব্রাইরগা,
নুংশি মৈচাক হেনগৎলকই,
লমদম্মা তাল্লা তাল্লগা
পাম্মুই মৈশা হেনগৎলকই ।
অসিবু কৌববনে নুংশিবা,
অসিবু কৌববনে নুংশি ...বা ।

নুংশি নুংশি হাযবল্লগা,
পাম্মুই পাম্মুই শোল্লল্লগা,
মতম কুইবে উখিদবা,
নংগী নুংশি মাযথোঙদো ।
মতম্মা ব্রাইবা ব্রাইবগা,
নুংশি মৈচাক হেনগৎলকই,
লমদম্মা তাল্লা তাল্লগা
পাম্মুই মৈশা হেনগৎলকই ।
অসিবু কৌববনে নুংশিবা,
অসিবু কৌববনে নুংশি ...বা ।

কবিগীনো শোল্লিবা চীম্বাল নংনা,
কবিগীনো কপ্লিবা থম্মোয নংনা,
উদ্রবদা নুংশিবী মাবু,
নিংশিংলগা পাম্মুবী মাবু ।
মতম্মা ব্রাইবা ব্রাইবগা,
নুংশি মৈচাক হেনগৎলকই,
লমদম্মা তাল্লা তাল্লগা
পাম্মুই মৈশা হেনগৎলকই ।

অসিবু কৌববনে নুংশিবা,
অসিবু কৌববনে নুংশি ...বা ।

শিন্থখিবা পিবাংদো,
মিৎলু নাপোম মবিদগী,
কাইনবমদাই মতমদুদা,
হন্না হন্না উবক্লি ।

মতম্না ৱাইবা ৱাইবগা,
নুংশি মৈচাক হেনগৎলকই,
লমদম্না তাম্লা তাম্লগা
পাম্মুই মৈশা হেনগৎলকই ।
অসিবু কৌববনে নুংশিবা,
অসিবু কৌববনে নুংশি ...বা ।



## (৬৮) "শাৎলরবদা ঐগী লৈকোলদা"

কযাদা নুংশিখ্রবনো পুন্সিসে,
কযাদা নৌখ্রবনো পুক্লিংসে,
পাজবী লৈবাং মানা,
শাশলববদা ঐগী লৈকোলদা ।

অঙাওবনি ৰাখল ঐগী,
মাযকৈ খঙদনা পাইবি,
অতিযাদা পাইবা লৈচিলগুম্না,
নুংশি নুংশি নুংশিজৈ মাবু
নুংশিরুবগী মাবু,
ফংজবি মহৈ ওইনা,
নুংনাংবা থম্মোযদা.
নুংওনবা পুক্লিংদা ।

হেনগৎলকলি নোংমা নোংমগী,
থম্মোয মৈচাক নুংশিবগী,
হাপকৎলকলি পুংজা খুদিংগী,
থম্মোয পোৎলুম নুংওনবগী ।
কযাদা নুংশিখ্রবনো পুন্সিসে,
কযাদা নৌখ্রবনো পুক্লিংসে,
পামজবী লৈবাং মানা,
শাৎলববদা ঐগী লৈকোলদা ।

নুংশি নুংওনগী ঈপাক্তা,
তাউববা অঙাওবা কযানা,
ঙাইঙমদনা লৈবি উনিংবনা,

নুংশি শক্তম অদুতবু
মিকুপ খুদিং,
পুংজা খুদিং,
নুমিৎ খুদিং,
থাজ কয়া,
কুমজা কয়া ।

ঐগীদি লৈবি নুংশিবী মানা,
ইনাক নক্লা খুৎনা লান্না ফংনা,
হেক্লিংবা মতমদা হেকপা ফংদনা,
চিন্নিংবা মতমদা চিনবা ফংদনা ।

কযাদা নুংশিত্রবনো পুন্সিসে,
কযাদা নৌখ্রবনো পুক্লিংসে,
পামজবী লৈবাং মানা,
শাৎলববদা ঐগী লৈকোলদা ।



## (৬৯) "নুংশি খুঙ্গং লমদমনি"

খাবি লৌবুক লমহাংনি,
নুংশি খুঙ্গং লমদমনি,
শানৌই হৈনা তুংইন্না,
পাযমা পুক্লিং পিনৌনা,
খুঙ্গং লন্বী অদুদা,
চৎলি মোংবা তম্না,
শানৌ মাগী নুংশিবী ।
খাবি লৌবুক লমহাংনি,
নুংশি খুঙ্গং লমদমনি ।

ব্রাই ব্রাই লাউবা ফৌনানা,
মালং তান্থা তুংইন্না,
শবি জগোই ইপোম নাইনা,
লৌপানখোংগী লাইজনা,
হাবৌ তান্থা তুংইন্না,
শক্লি ঈশৈ নুংশিনা ।
খাবি লৌবুক লমহাংনি,
নুংশি খুঙ্গং লমদমনি ।

চোংলি ফল ফল কৌজেংনা,
লেল্লি থাঙ্গোল হাবৌনা,
উবোক পবেং পবেংনা,
ফৌনা খেৎনা শাখল্লগা,
চীঙ্গোল তম্না পাইশিনখি ।
খাবি লৌবুক লমহাংনি
নুংশি খুঙ্গং লমদমনি ।

নিঙোলনা মোংবা য়ৌবমদাই,
পন্থৌকোন্দা থুংলমদাই,
পলেম মাবু উন্নবমদাই,
ঙাইহাক পুঙ্গাই লেপতুনা.
মোন মোন লাউবা খুৎশাশিংনা
পাইদুনা ঐগী খুৎশাশিংবু
মথানুংদা চীংশিনজবি,
হবাউ মথোই কাজবি,
নুংঙাই মখে লাংলবি ।
   খাবি লৌবুক লমহাংনি,
   নুংশি খুঙ্গং লমদমনি ।



# (৭০) "নিংশিং নিংশিংলগা পান্মুরকই"

(১)
খল্লু খল্লুবগা নুংশিবকই,
নিংশিং নিংশিংলগা পাম্মুবকই,
হৌখ্রবা মতমদো ইবানিগী,
চৎখ্রে পুংজাশিংদো নংগা ঐগগী ।

(২)
পাক্লবা ঈপাক ব্রহ্মপুত্রগী,
লাল্লী ইবানি হিনাউ তোংদুনা,
অঈংবা নুংশিৎ শিৎলকপদা,
ঈশিং মবিক মবিক য়াওরবা,
ঈংখি হকচাং ইবান্নিগী,
মুন্না মুন্না যেংনবগা,
থব্রায তানা নোকমিন্নখি,
হি না হাইফেৎ হাইবকপদা,
ঈথক ইপোম ইব্রায়ননা,
হকচাং হকচাং কোনশিন্নখি,
নুংশি পম্বুং যৌবা মানখি ।

(৩)
অপাকপা লৈঙোই লমদুদা,
নুংজাও কযা তুল্লিবা,
নুংপাক কযা থেল্লিবা
নুংগাইবক্তুদা নুংঙৌগী,
চৎলি ইবানি খুশম্নদুনা,
পীতক চীঙদুম তম্না,
ঙাঙ্খোইবিবা মপু মানা,
ব্রহ্মপুত্রগী মযাযদুদা ।

কাখৎলি লাইশঙদু তম্মা,
তেংবানবা মপুনা ঙাম্ছোইবিবা,
নুংশি পুকঙৌ পুকনম্পী,
খোইদৌ থম্বাল কুৎপী,
হ্মাং ঈরিক শৌবী,
শন্নাং চোইনা তাবী,
তম্ফা লৈশাবী মানবী,
লোক্তাক পাৎকি থোইবী,
নংগী খুজেং পায়দুনা,
চিংখৎ চিংখৎ কাদুনা,
চীঙদোল অদু য়ৌখি,
মপুই নাক্তা থুংখি ।

(৪)

নুংশি স্বব হোন্দুনা,
পাম্মু তিল্লাং খয়োৎননা,
খুৎ লোন্নদুনা খুবমমিন্নখি,
মপু মাবু নিংথীবা ।
যেংবই পেনবা নাইদবা,
অঙৌ লাইবক অতোঙবদা,
অঙাং সিন্দুব নমদুনা,
শবি নামুং তৌনখি,
নুংশি পন্দোন লোম্নখি,
পুন্সিসিমগী কাযনগুমসি ।
খল্লু খল্লুবগা নুংশিবকই,
নিংশিং নিংশিংলগা পাম্মুবকই,
হৌখ্রবা মতমদো ইবানিগী,
চৎখ্রবা পুংজাশিংদো নংগা ঐগগী ।



## (৭১) "লৈনা"

(১)
লৈনা কযা,
লৈকা ফন্না শাৎলি,
খোইমু কয়া,
ঙংলা ঙংলা পাইবি,
নিংথীববা লৈকোলদুদা,
ইপোম নাইববা চীঙদোলদুদা ।

(২)
লৈনা কযা মচু মচুগী,
অঙাংবা, অঙৌবা, হিগোক, পেক্রক মচু,
লৈফোন, লৈযোল, নাপু লৈঙাংমচু,
উবৈবোম, হংগামপান, নোংগৌবী, অবাং'মচু,
আতিযা, ঈশিং, মঙ্গ্রা, চন্দোনমচু,
মচু তবেৎ যান্নদুনা,
মচু মচু থোকহন্দুনা,
লৈনা কযা,
লৈকা ফন্না, শাৎলি,
খোইমু কযা,
ঙংলা ঙংলা পাইবি,
নিংথীববা লৈকোলদুদা,
ইপোম নাইববা চীঙদোলদুদা ।

(৩)
লৈনা কযা মওং মওংগী,
কেনা যাৎপী,
থম্বাল লকা মানবী,
কোযনা যাৎপী
তাংগ্রা লা মানবী

থুপ্না য়াৎপী,
পেকুক মনা মানবী,
লৈশেম মানবী,
স্বগগী চেক্লগুম নিংথীবী,
মখল মখলগী লৈনাশিংনা,
লৈয়োম ওইদুনা শেল্লি।

(৪)

পামজবা লৈনাদি ঐগী,
অঙাংবা নোংগৌবী মচুনি,
মতোন তুম্না হাইথবী,
থম্বাল লৈকা মানবীনি,
লৈনাবুনি ঐনা থিবিবসে, লৈনাবুনি।

(৫)

লৈকোল অদুদগী থোবক্লি,
মোমোন মোমোন নোক্লদুনা,
অসুম অসুম নকশিল্লকল্লি,
ঐগী নাক্তা য়ৌশিল্লকল্লি,
ঐগী লৈনা নুংশিবী,
থম্মোয়কোন্দা য়োকচবী।

(৬)

চীম্বালদো শঙলি ঙাংশং ঙাংনা
মায়থোঙদো ঙাঙলি ঈ গুম্না,
পিশুমদো শঙলি মুসুক মুনা,
শন্নাংদো থাদোক্লি লমকেৎ লমহাইনা,
অঙাংবা মচুগী ফুবিৎ লিৎলি,
নোংগৌবী মচুগী ফনেক শেৎলি,
ঐবু কৌবা কৌবা খুৎলাম তোয়না
অসুম অসুম নকশিল্লকলি,
ঐগী নাক্তা য়ৌবক্লি।

(৭)

খনখি ইতোম'তা পুক্লিংশিনা,
লৈনানা কবম লৈবল্লিবা,
নুংশি লৈকোল চীঙদোলসিদা,
চংশিল্লি ঐনা মাগী 'নাক্তা,
লাপথোকখি মানা চংশিল চংশিল্লগা ।
ঐনা কৌবি 'লৈনা' 'লৈনা',
কৌবা কৌবা মমি শামখ্রি,
অসুম অসুম লাপথোকখ্রি,
ঐগী নাক্তগী থাপতোকখ্রি,
লৈকোলদুদগী মাঙখবি,
থম্মোযদা তিংখং যুবমলি ।

(৮)

হন্নমুক্তং যেংলকপদা,
ইদোম লেপতুনা লৈবল্লে,
চীঙদোলগী লৈকোল অদুদা,
লৈনা খুদিং মচু মচুগী,
শাৎলম্বা চীঙমায অদুদা,
মচু অমত্তা যাওবমদবে,
ইব্রাউ ইব্রাউ ৱাউবল্লে ।

(৯)

কৌদুনা লেপ্লি ইতোমতা,
"ঐগী লৈনা", "ঐগী লৈনা"
খুন্নকখি খোন্থাংনা পাউখুম ওইনা
"লৈনা" "লৈনা" লৈনা ......"।



# (৭২) "পীসুম অনি, খুনু অনি"

মিৎকী লীকং,
চুমথাঙ অনিগুম কোল্লিবী,
মিৎকী পীসুম,
অমুবা কাজলনা লৈতেংলিবী ।
যেক্লি ঙসিসু নংনা,
ইকাইবা লৈতনা ঐগী মাঙদা,
খুপায শকয়েং মিংশেলদু
পাযবদুনা তনৌববী খুৎশাশিংনা,
থাঙ্গৎ থাংথা যেংলি,
চেপথা চেপথা মিৎতবি,
ফজববা হায়দুনা,
নুংশিবী পীসুম অনিদো,
মিংশেল যেংনা যেংনা,
অমুকসু শুকতোক্লি,
ফজববা যেংলি ।
স্বাই লাউকুবে ঐদি,
লীকং অনিদু কোনখিবদুদা,
পাখৎলুবে খংতেক তেকখিগদবা !

খুনু অনি,
ঙৌবোক ঙৌনা লৈবমগনি,
মখৌ পোঙনা খোংলমগনি,
অঙাংবা মচিল অনিদুনা,
থা খুম পোন্না য়োমদুনা,
অদুক চেকশিন্না যেক্লিবদো,
নুংঙাইজবমগনি খুনু অনিদো,
নংগী থা গী অক্লাদা,
মচিন লোৎতুনা তুমখুন তানজবদা,
মকে শমজেৎ লৌথোক্লুনা,
মিংশেল অদু যেংলুদুনা,
পাম্বোম অনি হাইগৎতুনা,
শল্লাং কেনা হাংলকপদি,
লুতুং শম্বুল পুল্লকপদি,
খুনু অনি চোংথোবকলে,
তুম্লম্বদগী মিকপ থোক্লে,
শ্বাই লাউকবে ঐদি,
শাখপ তোইনা খপতুনা,
নুংশি খুনু আনিনা,
পাইথোকখিদবা পাখৎলুবে।



# (৭৩) "করিগী লমখাঙদা লেপ্লি ?"

(১)
চান্নবী,
করিগী নুংশুক নুংজানবিবা,
চোকথববা হকচাং পুবদুনা,
পুন্সি' নিংবা কাইববা,
চেনমিন্নবগা ঐখোয অনি,
তান্না নুংশি লমজেল,
হৌখ্রবা নুমিৎতুদগী লম থাবা,
পুঙজাদুদগী ঐখোযনি খঙনখিবা ।

(২)
লমখাঙদা লেপ্লগা,
ৱাখল লক্ষেনবগা,
অৱা খাঙঙমদবগা,
যৌগদবনে নুংশি পম্বুং ?

(৩)
অৱা ৱখল থাদোক্লসি,
তাইবঙ মপুদা খুকমজসি,
নৌনা থৌনা হাপকৎসি,
পুক্রিং মযোল চোংহনসি,
হকচাং পাঙ্গল কলহনসি,
খুজেং পাল্লোইনদুনা,
চেনমিন্নসি ঐখোযনি,
যৌদ্রিফাওবা নুংশি পম্বুং,
থুংদ্রিফাওবা পুন্সি পম্বুং ।

(৪)

চান্নবী,
কবিগী নুংশুক নুংজানরিবা,
চেন্না চেন্ন লাক্লগা,
পুন্সি লম্বেল অসিদা,
কবিগী লেপ্লি লমখাঙদা,
চোকথববা হকচাং পুবদুনা,
নিংহন্না ব্রাখল খল্লদুনা ?



# (৭৪) "মালেমদা অনি শুদরবী"

(১)

হে! ইমা মনিপুব, মনিপুর......,
নুংশিদরা য়েংউ ইমাগী শক্তমসে,
ফজদবা য়েংউ পালেমগী চেক্লৌসে।

সনা ফিগে থোনবীনি,
হিগোক ফুবিং লিংপীনি,
অশংবা ইন্নফি ইনবীনি,
চীম্বাল ঙাংনা নোকপীনি,
থৌজাল মিংয়েং য়েংবীনি,
মীচঙ মীখায় নাইদবীনি।
নুংশিদবা য়েংউ ইমাগী শক্তমসে,
ফজদবা য়েংউ পলেমগী চেক্লৌসে।

(২)

নিংথীবী নুজাগী মায়থোঙদা,
তোমথিন ঙানবী শম্বুগুম,
লিক্লাং পরেংগী ময়ায়দা,
তম্ফা ওইনা ঙানবগুম,
মালেম লৈমগী মায়থোঙদা,
লংনা ঙান্না লৈবীনি।
নুংশিদবা য়েংউ ইমাগী শক্তমসে,
ফজদবা যেংউ পলেমগী চেক্লৌসে।
নুংশেং ঈকোন্দা ঙানবীনি ইমাদি,
কংলা খোয়দৌদা পানবীনি পালেমদি,
চীঙজুম লাইজা ওইদুনা চেনবীনি,
হাওবৈমা শম্বুবী ওন্দুনা চীঙ্গাবীনি,

লোক্তাক মিংশেল ওইদুনা ঙানবীনি,
চীঙবুবোই তম্বুবোই পোকপী পলেমনি ।
নুংশিদরা য়েংউ ইমাগী শক্তমসে,
ফজদবা য়েংউ পলেমগী চেক্লৌসে ।

(৩)

অশং অমান্না থেনবা লৈবাক্লি,
তাবা চেংজেল ব্রাৎতা থোকপীনি,
লৈমলৈ ঙানা লাইজা থনবীনি,
লমলক্কী জিবনা ফল ফল চোংবনি,
লৌবুক লমহাংনা লৈতেংবা লমনি,
উমং ব্রমংনা থনবা লৈমযোলনি ।
নুংশিদবা য়েংউ ইমাগী শক্তমসে,
ফজদবা য়েংউ পলেমগী চেক্লৌসে ।

(৪)

অঙ্গীং অশা খাযবা লমনি,
নোংজু ঈংথম নাইবা পোইবৈনি,
মহৈ মবোং ব্রাৎতা লৈবাক্লি,
কুমকাংদা থোকপা লৈহাওনি,
মালেমদা অনি শুদববী,
লাইরৈপাক্কী কোনুংনি ।
নুংশিদবা যেংউ ইমাগী শক্তমসে,
ফজদবা যেংউ পলেমগী চেক্লৌসে ।

(৫)

মতীক লৈবা পারি পোকপীনি,
মগুন লৈবী মমোম য়োকপীনি,
যোইবু য়োইহেন তান্নবদা,
মালেম তাইবঙবু শীঙনবদা,
মীকোক থোংবা পাবি পোকপীনি,
মীথোই মীহেন মমোম য়োকপীনি,
নুংশিদবা য়েংউ ইমাগী শক্তমসে,
ফজদবা য়েংউ পলেমগী চেক্লৌসে ।

(৬)

মৈহৌরোলগী তামখ্র মতমদগী,
মীহৌবোলগী কাউরা কুমজাদগী,
মদোম হিংজবা লৈবাকনি,
মীখা থাবা হৈতবীনি,
নিংখা তম্না হিংজবকপনি,
নিংথী মালেম লৈমায়সিদা ।
নুংশিদবা য়েংউ ইমাগী শক্তমসে,
ফজদবা য়েংউ পলেমগী চেক্লৌসে ।



# (৭৫) "মচু তরেং"

(১)

মচু তরেংকী ফিবালনি,
শিদযাই নাদযাই মকনি,
তাইবঙ হৌফম মযোলনি,
কোঞ্জিন তুকথনা ইবুধৌগী,
শাখায তবেংপা শেন্বনি,
সলাই তবেং ওইখিবনি,
মীগা লাইগা শম্নবা মতমনি,
অদুঙৈগী লাইবৈপাক,
অদুঙৈগী মীবৈপাক,
অমত্ত ওইবিঙৈ মতমনি ।

(২)

মচুশিংদো মগুননি,
তেংবানবদি মপুগী,
থম্মোযকোন্দা নিজবি,
ইবুঙঙোদি পোকলেন পোকপা,
ঙমজনবা উজবা,
মচু মচুগী মওংশিং,
ফজববা নিংথীববা,
ইবুংঙো নংগী মযেকশিং,
অহাঙবদা মালংদা,
ঙাম্লোইবিবা ইবুঙঙো নংগী ।

(৩)

তাংকক নাইবা মচুনি,
খেনফম নাইবা মওংনি,
কোবৌনা চীঙখৈ হুল্লকপদা,
ঙাঙ্লানা থোবকপা মচুদি,
অঙাংবা মচু ওইবনি,
মঙাং হায়না কৌবনি ।

(৪)

নুমিৎনা চপ যুংলকপা,
থবীনা মযুম শাবকপা,
অঙৌবা মচু থোকপনি,
লুৱাং হায়না কৌবনি ।

(৫)

কোবৌনা মোংবা চংলকপা,
খুনা মম্বা মতমদা,
অমুবা মচু ওইবনি,
খুমন হায়না খঙনবনি ।

(৬)

অহীঙ মযায চল্লকপা,
মে মানবা অচিকপা মতমদা,
নাপু মচু ওইবনি,
অঙোম হায়না কৌবনি ।

(৭)

ইনুঙ মানা ঝাযখিবা,
অযুক ঈচিক হুল্লকপদা,
অমু অঙাং লাংবনি,
মোইবাং হাযনা খঙনখি ।

(৮)

কোবৌ মানা থকখা ঙানবা,
লুমনা ঙানবা খোঙলৈদা,
মঙ্গ্না মচু ওইবনি,
খা ঙানবা কৌবনি ।

(৯)

অতিযানা যাচং ঝাইবকপা
থবীনা ঈকুপ তম্লমদাইদা
সংলেনবা মচু ওইবনি,
সলাই লৈশাংথেম খঙনখি ।



## (৭৬) "পুক্লিং"

(১)

হে! পুক্লিং..........,

অঙকপনি নংসে, অঙকপনি নংসে ।

মতমনা লৈবিঙেদা,

ব্রখল মানা মমদ্রিঙেদা,

নিংজৌ ইপুবোই সিদবা মাবু,

নিংজৌ সলাইলেন সিদবা পক্সৌবু,

শোঞৌ লৈমবেল সিদবী পলেম্বু,

শোঞৌ কোনজিং তিংবগী মিংখৈবু,

শকচৌ কোনজিং তুকথবগী মিংলেনবু.

শকচৌ মঙাং লুৱাং খুমনগী মিংখৈবোলবু ।

(২)

হে! পুক্লিং..........,

অঙকপনি নংসে, অঙকপনি নংসে।

ব্রাখলগী হৌফমসু নংনি,

লৌশিংগী মকুশু নংনি,

কৌব্রু লেম্ফুগী সিদযাই মকনি

সনা হকচাংগী নাদযাই মযোলনি ।

উগে খল্লগা উবদি ফংদবা,

অবোনবা শক্তমনি নংসে ।

(৩)

হে ! পুক্লিং ........,
অঙকপনি নংসে, অঙকপনি নংসে ।
অশাউবগী হৌফমসু নংনি,
লাংতক্লবগী মরুসু নংনি,
অব্রা নুংঙাই অনিমক্কী,
অফ ফত্তা পুন্নমক্কী,
পুন্না তিন্নফম ওইবনি,
খাইদোক খাইজিন তৌবতনি ।

(৪)

হে ! পুক্লিং ......
অঙকপনি নংসে, অঙকপনি নংসে ।
নুংশি মরু হুনফম্মনি,
পাম্মু মযোল চোংফম্মনি,
নুংশি মখল যাম্বনি,
তবেং তাবা থোকপনি,
নিংজা নিংজা তুংইন্না,
নুংশি মচা খাযবনি ।

(৫)

হে ! পুক্লিং..........,
অঙকপনি নংসে, অঙকপনি নংসে ।
অথৌবসু নংনা শেম্বনি,
পাঙদবসু নংনা ওইহনবনি,
নংগী লংলা তুংইন্না,
নংনা লংজিন ওইদুনা,
তবংদসু হিহোনবা ঙম্বনি,
মালংদসু নোংথৌবা ঙম্বনি ।



## (৭৭) "ফজবী ২"

(১)

নিংশিংলি ঙসিসু নংবু,
থম্মোয়দা মমি তাবি,
মিৎতা শং শং উবি,
নংগী নিংথীবী শক্তমদো ।
ঙৌবোক ঙৌবা কুচুদা,
অঙাংবা হাইবপ কাপ্লদো,
কোযবাওনবী মিৎম্নাদা,
অমুবা কাজলনা লৈতেংবদো,
তোংতক তৌবী লাইবক্তো,
খা গী চীঙদুম মানবীদো,
তুমতক তৌবী নাতোন্দো,
নুংশি নিংশা হোনবীদো,
ঙাংশং ঙাংবা চীম্বালদো,
অঙাংবা মচু তৈবীদে,
ঙৌরোক ঙৌবা ঙকশমদো,
শনবিক পবেং শিবীদো,
হুইথ লেংজুম অনিদো,
উবোক অঙৌবা মানবীদো,
অতোঙবা থা অনিদো,
মিৎম্না অনি পানবীদো,
চেংলপ তৌবা শ্বাঙদো,
কুৎলা নুংশি খোয়দৌনা,
লৈতেং ওইনা লৈবদো,
তোংল নিংবু অনিদো,
লশিং মফোন মানবীদো ।

(২)

লোংলি নুংশি লৈনমদো,
পুম্নম তাবা নিংথীবী,
উনা উগে ফংদবী,
ফৈবোম অনিগী লৈকোলদা,
হ্বাখল ফবগা লাইওইবী
ফংতবগা মীওইবী
সনা পুক্কে ওইবীনি,
লুপা লনগৈ ওইবীনি,
নুংশি শীংখুল শাংলিবী,
নিংথীবা লৈনম নাপুবী

হুইথা পাম্প খুবোম্না,
থম্মৌ তাংডুম ফজনি,
শীকতক তৌবা ডাংলৌনা,
খুয়া থম্বাল ডাংবীনা,
লোইবোই লোইবোই চংপনি,
ঙান কাংঙা খোংচনি,
নুংশি খোংথাং থাংবীনি।

(৪)

পুন্না য়েংঙে ফজবী,
মচা খাইবে নিংথীবী,
খুৎশা মচাশিংদুনা,
খুৎখৎ তোয়না খৎতুনা,
খুৎলাম তোযনা কৌখিবদো,
ঙৌবোক ঙৌবা পান্থোম্না,
মালংদা হোই লাউবদা,
মুবা চাইবা শম্লাংনা,
পান্থোম থাবক মবক্তা,
মশোঙ ফন্না লৈবদো।
নিংশিংলি ঙসিশু নংবু,
থম্মোযদা মমি তাবি,
মিৎতা শংশং উবি,
নংগী নিংথীবী শক্তমদো।
নিংশিংলি ঙসিসু নংবু,
থম্মোযদা মমি তাবি,
মিৎতা শং শং উবি,
নংগী নিংথীবী শক্তমদো ।

অরোইবা

